# রারেং-শৈরেং-অরিবা

ইরবা—

শ্রীআনন্দমোহন সিংহ

এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

মমল লুপা—৫·০০

[illegible] পুম্নমক অইবগীনি ]

ফোংদোকপা—

মাইবম শ্রীচন্দ্রহাস সিংহ

নাম্বেরাকপম লৈকাই।



১নবী ফোংবা—১৯৬৭ ইং

কোপী—১,০০০

প্রিণ্টার

শ্রীরাসবিহারী সিংহ

দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

# ৱাহং খরদং

সাহিত্য হায়বত্থ চপচানা করিবু ওইগদগে হায়বা অরেপ্পা খঙদ্রি। পৃথিবীগী সাহিত্যিকশিংনা সাহিত্যগী অর্থবু থিবা লাক্করি অমসুং শত্থীদমক্তা লাইরিক ইরি। অসিগুম্বা থিবগী লম্বেন্দা অকংবগী শরুকসু য়াওরি। অসিমকপু চাউরাক্না কাংবু অনিদি খায়দোকপা য়াই—অসুম থিত্থনা লৈবা কাংবু অমা; অতোপ্পা অমনা ৱাখলগী পল্লেপফম অমা থমত্থনা অনীংবা থাজবা খরা ময়ামদা য়েনথোকপা কাংবু। অহানবগী অসিদা য়াওই—লাঙতক্নবা, অরেপ্পা খঙদবা অমসুং নীংবা কায়বা অমসুং করিগুম্বদা অঙকপা থৌনা। অকোনবগী অসিদনা—অকনবা বিশ্বাস, পুন্সীগী মীৎয়েং অমা অমসুং হান্নগী ভেলুশিংবু পামজবা।

"ৱারেং-শৈরেং-অরিবা" লাইরিককী লেখক শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহদি অকোনবগী কাংবুদা য়াওই। অচেৎপা ধর্ম্মগী, থোইদোক্নসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদগী পুন্সীদা য়েংলি। থাইনগী পুন্সীদা ফজবা অমসুং অচুম্বা কয়া পুথোকলি। ৱাহং হংবগী শরুক্তগী পাউখুম পীবগী শরুক্না মপুং ওই। মণিপুরী সমাজগী য়ানরিবা অমসুং থাজনরিবা ধর্ম্মগী পুন্সীগী অচুম্বা খরসি লেখক্না চপচানা লৌরি। অনৌবা ৱাখলগী অয়াকপা মীৎয়েং থেংনদে। অরিবা পুন্সীগী হান্নগী ফজবা খরত্থ পুথোক্নবগী লাঙতক্নে।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং শৈরেং খরসি তরু তরুনা নীংথিজনা ই। লুরবা ৱাখল কয়াবু চম্না ফোঙদোকপগী ফজবা

কয়া মতাঙ মতাঙদা থেংনৈ। য়ামত্রবদা অপাববু সমাজগী সমস্যা কয়াদা খল্লহনগনি। অসিগুম্বা রাখল খন্থহন্নবগী মশক ওইবা রারেংগী শরুক য়ামত্রিবা মণিপুরী সাহিত্যদা লেথককী খন্থনীংঙাই ওইবা লাইরিক হাপচিল্লকপসি থাগৎনীংঙাইনি।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

তাং ২৭। ১০। ৩৭ ইং

# লমন

"ৱারেং-শৈরেং-অরিবা" অসি পাণ্ডথোক চানবদগী পাণ্ডুলিপি ওইনা চহি মতম কুইনা তাহ্নুনা লৈরুরবনি। ঐগী ইনাও মাইবম শ্রীচন্দ্রহাস সিংহনা করিগুম্বা মতাঙ্ অমদা পাণ্ডুলিপি অসি থেংনরুবদগী ছাপা তৌহ্নুনা লাইরিক অমা ওইননবগী অৱাবা শরুক লৌবিখি অসিগীদমক মহাক্কী লমন তোল্লবনি।

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেসকী মেনেজর খুমল্লম্বম শ্রীরাসবিহারী সিংহনা লাইরিক অসি ছাপা তৌবা মতমদা প্রুফকী অরাল অহুই য়েংবিবতা নত্তনা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃতকী পৌরাণিক ৱাহৈশিংগী বানাননচিংবা য়াম্না চুমথোকপিখি। লাইরিক অসিগী মরীদা মমন নাইত্রবা পোপাংনি, লাইরিক ইবগী শিংনিঙাই খণ্ডত্রবা লমম্লি।

প্রোফেসার এলাংবম শ্রীনীলকান্ত সিংহনা অৱাবা থিবিদনা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিরকপগীদমক শ্রীনীলকান্ত সিংহবু ধন্যবাদ তৌজরি।

লাইরিক অসি ছাপা তৌননবগীদমক মণিপুর সরকারনা শেল ওইনা মতেং খর পীবিরকই। অসিগীদমক মণিপুর সরকারগী মফমদা তৌবিমল খণ্ডবা উচ্চরি।

ভ্রাতৃদ্বিতীয়া — আনন্দমোহন সিংহ

তাং ৪। ১১। ৬৭ ইং

# ছিন্নম লামায়

# রারেং-শৈরেং-অরিবা

## সুবল বেশ—সুবল সম্বাদ

নোংমগী হুমিত্তা শ্রীকৃষ্ণনা সুবলনাচিংবা সখাশিংগা লোয়ননা ষণ শেনবা লেঙথোরকই। অসুম অসুম লেঙলকপনা গোবর্দ্ধন চীংয়া য়োরকতুনা শ্রীকুণ্ড মপান্দা থুংলরে। গোবর্দ্ধন শ্রীবৃন্দাবনগী ষণ শেনফমনি। ষণ পূন্নমর্কনা শজিক চারিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা সখা-শিংগা হুংঙাইনা রারী শাহুনা লৈরম্মী। মতম অহুদা মঙোন্দগী লৌহুনা বৃন্দাবনগী মমিং থোনখ্রবী হৈ-শিংলবী বৃন্দানা শ্রীমতি ইবেম্মনা লেংবা লৈহাউ পরেং অমা ইবুঙোগী ঙকশমদা ইখঙ খঙহৌদনা হেক হুক্লে। শ্রীমতি রাধাগী অঙ্গ গন্ধ য়াওরবা লৈহাউ পরেং অহু শ্রীঅঙ্গদা হেক য়োবদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈপাক মথক্তা রাস্থখি। মগ্রাম চঙহুন থোগল ভোরবা মতুংদা হম্থরকই। জ্ঞান তারবা মতমদা চান্নরবা মতাও সুবলবু য়েংলহুনা হায়খি "ইতাউ! ঙসি ঐগী থরাইগী লল ওইরবী রাধাবু উননবা থৌরাং তৌবিয়ু। ঙসি রাধাবু উবা ফংত্রবদি ঐদি মফম অসিদা অসুম থরাই থারগনি। ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা তাকপিয়ু ইতাউ!" কৃষ্ণগী রা অহু তারবদা কনাগুম্বা অমনদি শোয়দনা খনগনি—শাগৈগী মৌ ওইহুনা লৈথ্রববু

হুংথিল পোবোপ্তা করম্না লোরুবা, কোরুবা ঙমগদগে—সুবল মহুম্না খল্লমদে। হৈ-শিংলবা সুবলনি। শ্রীকৃষ্ণগীনি হায়রবদি "ঙম্মোই" হায়বা লৈত্রবা সুবল সখানি। থুনমক্ কৃষ্ণবু পেম্নবা ৱাহৈনা হায়রকই। "ইতাউ ইবুঙো, অহুগীদমক ওইরে মূর্চ্ছা ওইরুবদে, সুবল ঐহাক লৈরিঙৈদা করিগী অহুক ৱাবিরুবগে—ৱাবিরুগনু।" সুবলগী ইচংথৌবা পাউখুম তাবদা কৃষ্ণনা পেল্লহুনা হায়খি, "ইতাউ সুবল নংগী লমনবু করম্বা মতমদা শিংহুনা লোইগদগে?—থীল্লে ইতাউ থবক পাঙথোক্লবা তৌবিরো।" "ইতাউ ইবুঙো হে কৃষ্ণ লমন শিংবগী ৱাদি খনবিরুগনু ঐখোয়না শিংগদবা লমন য়াম্না লৈরি—অহুঙৈ ইন্দ্র পূজা তৌবগী মহুত্তা গোবর্দ্ধন পূজা তৌরুবদগী ইন্দ্রনা শাউরহুনা বৃন্দাবন্দা লৈবা মী পুম্নমকপু মাঙলসনু হায়বগী মওংদা বজ্রগা কোম্ননা খাক-লাওরহুনা নোং-হুংশিৎ লেলনচিংবা অকিবগী মশক ওইনা তারবা মতমদা ইবুঙো নংনা গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা ব্রজ বৃন্দ বনগী হুপী নহা ষণ ব্রাহ্মণ পুম্নমক কনখি অহুগী লমন শিংদ্রি অমদি নোংমা ঐখোয়না ষণ শেনবা মতমদা যমুনাগী মপান্দা ঈশিং খৌরাংবদগী ঐখোয় সখাশিংনা কালিগী হু য়াওরবা ঈশিং থকলুহুনা শিরুরবদগী ইতাউ ইবুঙো নংনা ঐখোয়বু অমুক হিংগৎ-হনখি—অহুনা ইবুঙো নহাক্কী ঐখোয়না শিংগদবা লমন য়াম্না লৈরি" অসুম্না সুবলনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পুকমেন পাউমেম্নরগা যাবত গ্রাম, আয়ানগী লৈফম তম্না খোঙ শান্দোরক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ড মপান্দা সুবলনা শ্রীমতি ইবেম্মা রাধা পুরক্কনি হায়বগী আশাদা হুংঙাইহুনা ঙাইহুনা লৈহে রে।

সুবলনদি মীগী ময়ুমদা য়ুম পান্দুনা লৈখ্রবা হুপী অমবু হুংথিল

পোবোপ্তা পুরক্কনি হায়না ইলায় হেক লায়না হায়দোক্লমলে। করি উপায় তৌত্নুনা পুরক্কদবনো হায়বা অত্নুদি রাখল তৌহৌদে। সুবলগী মপুক্তা রাধাবু পুরকপা ঙম্মোই হায়বা রাফম অসিনা কৃষ্ণগী অরোইবা অমা ওইখিবা য়াই—ঙম্বা মদবগী রাফম তৌরগা খঙগনি হুজিক হুজিক্কি হিদাক্তি মহৈ চাননবা পুক্লিংগী হিদাক তৌদবা য়াদে—অসীনি। থবকনা হানজিনখ্রবা রাখল-পোথিনা কোহল্লোরবা সুবল অত্নু রাখন তৌর তৌরত্নুনা যাবত তাম্না প্রেং প্রেং চংশিল্লকই। মপুক্তা থনবদি তোক্কে। সুবলবু উবদা কৃষ্ণ ওইরবোই নীংত্নুনা জটিলা কুটিলা অনি অত্নুনা বাবু চৈগদবসি হায়ত্নুনা কাম্নরোই। অত্নুন্নদি ওইরবদা সুবলনি হায়বা খঙলবদি খরদি ফগনি কৃষ্ণগী মরীদগী খর শাওরবসু হৈ-শিংলবা সুবলগী মফমদা রা ঙাংননবা মতম খরদংদবু ফংলবদি শোয়দনমক মঙ্গল ওইগনি হায়বসিদি থাজবা তোক্কে। হায়না হায়না যাবত য়োরক্লে। তাঙ্গা অসিদা সুবলগী মমাংদা ষন্নাউ মচা অমা কাফৈ কাফৈ হেক চেল্লে—ঈশ্বরগী খুজিন্নি খঙদে ষন্নাউ মচা অত্নু হেক উবদা করম্না পাখং অমনা শাগৈগী মৌ অমবু উনগে হায়না চংলুগদগে হায়না তুফক তুফাই চন্দুনা লৈরম্বা সুবলগী বুদ্ধি অত্নুদা পাইরক্কি লৌশিং অমা হেক লাক্তুনা ষন্নাউ মচা অত্নুবু পমখৎলগা খল্লকই; ষন্নাউ মচা অসি মাঙখিবদগী থিরুবদা বন কয়া কয়া চৎলুরে, রারত্নুনা ঈশিং খজিক্তা নিত্নুনা থক্কে লাকপনি হায়রুরগে হায়না আয়ানগী থোঙ্গাল তাম্না প্রেং প্রেং চংশিল্লকই। নিংলম্বগা তৌথোরকপগা করিমতা খেন্নদ্রে। জটিলা কুটিলা মমা মচানা লাপতকনা সুবলবু কৃষ্ণ ওইরবোই নীংত্নুনা অয়াকপা খোঞ্জেন্না "কনানো হাই লাকইবা,

চঙবিরক্কন্নু কিজ্জে" অসুম হায়না লাউরকই "উপাল রাপাল খুদিংদা নারক শীংলক পুন্নমক্তা ইলৈ হেক লৈবা অমদি কালা হ্নযবা কুচু মুবা নীপা নহাকপু সুপউ উননিংদে। নহাক্তি যাহ্ হৈবা নীপানি। কয়াদা তোবা ঙম্বা নীপানো হায়বা অহৈংগী ব্না নীংশিংলগা অমুকসু হেন্না কিরকই। ঐগী ইমৌ মুপী রাধানা সূর্য্য পুজা তোবা চৎখিবা মতমদা নহাক্না ফাহ্না শান্নহ্না লৈথোকই। মহুগী দমক রাধাব্ ব্নারক্কে হায়না চৎলুবা মতমদা খুদক অহুদা নহাক্না শ্যামা দেবী মুর্ত্তি লৌহ্না লৈরগা গুঞ্জামালা পরেংনা মী মকোক পরেং ওইহ্ন' নখুত্তা পায়বা বাঁশিনা থ ংশাং ওইহ্না ইলায় লায়না ঐখোয়বু চোপহনবা ঙমখি। ৷ীৎকী মমাঙদা শংশংনা মায়া তোহ্না ইমৌ মুপী ওক্তবগী দণ্ডি পীগে লাকপা ঐখোয়বু ইকায়বা পিখি। অহুনা কিজ্জে চংবিবক্কন্ন।" অসুম হায়রহ্না চৈরকপা খোঞ্জেল তাবদা সুবল নীংবগা তোবগা মান্নরে হায়না খগা খন্না খোঙথাং ইলেপ লেপ্তুনা চংশিল্লক্তুনা জটিলাদা খুং লোন্নরহ্না হায়জরকই! "ইমা! ঐ কৃষ্ণ নক্তেনে, ঐদি ননাই সুবলনি—শে, ঐনা পম্লিবা ষন্নাউ মচা অসি খংহৌদনা মাঙখিবদগী য়াম্না রানা খোংঙ্গুল লীরক্তুনা উচিন নাচিন্না ফংজরে। মহুদা হুংশা মরক্তা শাংনা কোয়চৎ চৎলুবা অহুদা ঈশিং খোরাংবনা থম্মোই অসি চাক্কদোরে। অয়োকপা ঈ শিং খজিক্তা থক্কে হায়না নীগে লাকপনি।" সুবলগী অসিগুম্না ঈংলবা পাউথুম তাবদা জটিলা কুটিলা অনি অহ্ হায়ফেৎ ইকায়বগা লোয়ননা হুম্বরকহ্না হায়রকই; "সুবল ইনেমদি অশাওবনা মাঙোইনহ্না নহাকপু পংচৈ চৈক্করে। অহুমক্ ওইহ্নসু ব্রজ বৃন্দাবন্দা ঈশিংগী অরাংপদি লৈতেনা! মফম মফম

খুদিংদা লুরবা ঈশিং লৈবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী বৃন্দাবন'সি মায়া-বীগী লম ওইরবনি। থাজবা কৌবা লৈতে।" রাহৈগী লানফমদা য়মত্রবা সুবলনা খুম্লকই—"ইনে ইবেম্মা! মী অমা ফত্রগা পূম্নমক্ হেক ফত্তবা নত্তে, কৃষ্ণগুম্বা শক্তি লৈবা সুবল নত্তে। বৃন্দাবনদা ঈশিং লৈতবা নত্তে, চুম্মি,—অত্থু সতীগী মখুৎনা শোক্তুনা য়োক্লবা ঈশিং নত্তনদি সুবলগী থরাই অসি ইংহনবা ঙমগনি নীংত্রতুনা চঙজরকপনি। ঈশিং থকপা ফংলোইদবা লৈরবদি কান্নদে, চৎচরগে ননাই সুবলগী লাইবক থীবননি।" অসুম হায়রনা থাগৎপগা লোইনরবা তাৎ মতেক অমতং তৌবদা মুংগুম্নবা জটি-লাগী থম্মোই লশিং মফোনমুক থোৎখ্রে। শকফম থক হঞ্জিনতুনা থাগৎপদা চৎলবা জটিলানা হায়রকই "ইয়ুমদা লাক্লবা অতিথিবু সেবা তৌদনা চৎহনখ্রবদি জটিলাগী গুণ মাঙবনি অত্থুগা অমনা চাক্লবা অতিথিগী থম্মোইদি সতী ঐগী ইমুংগী ঈশিং নত্তনদি করম্না ঈংগনি।" অসি হায়রগা সুবলদ ওনশিন্দুনা হায়রকই—"মুঙাই সুবল, সতীগী মগুণ খঙবা অশিংবা! ঈশিং থক্তনা করম্না হন-খিগদগে? চৎলু চাকথোংশংদা নবেম্মা রাধা লৈবনি, নপুক পেম্না ঈশিং থকচরুচো।" রা অসি লোইফাক্লিরৈঙেনা ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা মান্নরুবা খুদোংচাবা অত্থু লৌতুনা সুবল চাক-থোংশং তান্না চঙখ্রে।

শ্রীমতি ইবেম্মদি করম্না লৈরম্মি? রালহৌশংদা লুক হৌনা হৌনা করম তৌরগা করম্বা মতমদা কৃষ্ণ দর্শন ফংগদগে হায়বগী রাখন্দা লুক হৌবগী ভাব চঙদনা মিৎস্না অনিমক্তা পী মতুম মতুম শিম্বনা মণি মুক্তা পরেং তত্তুনা তাবগুম মথক থংবা খাংচেৎ হত্থু

পুমচোং চোংলে। কনাগুম্বনা হংলুরগা শীঙ চাক্তুনা কাম্বা হোংনবদা তারিবা পীনি অতুম হায়না খুম্মি। অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা সখা সুবল হেক উবদা শ্বাই লাউতুনা তফিং তফিংবা, তনিক তনিকপা, খোঞেলনা হংলকই "সখা মরক্তগী অথোইবা সুবল, তম্মু ঐগী ইবুঙো প্রাণনাথগী করি পাও পুরকপগে?" সুবল অথুপ্পা লৈতনা অশেংবা পাও অতু শ্রীমতি রাধাদা হঙ্গংলি "ইবেম্মা! ইবেম্মনা পীরকপা লৈহাউ পরেং অতু বৃন্দানা ইতাউ ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী ঙক্শমদা হেক হুক্লবা মতমদা খঙহৌদনা লৈপাক মথক্তা মূর্চ্ছা ওইখি, খজিক্তুং হম্বরকপা রা ঙাঙনবা য়াবা মতম লাকপদগী খঙবদি মূর্চ্ছা অসি ইবেম্মগী প্রেমদগী থোকপনি। থুনমক ইবেম্মনা কৃষ্ণ দর্শন তৌরক্রবদি ইবুঙোগী প্রাণ ত্যাগ তৌখিবা য়াই অতু ওইরবদি ব্রজ বৃন্দাবন অসিদি অরাবা তাহৌবা তাবে।" রা অতু তাবদা হুংঙাইবগী রাদি থাপ্পা থমখ্রতুনা ইবেম্মগী কোকথক্তা অরাবগী মথক্তা অরাবা হাপচিন্দুনা বজ্র তাবগুম অরাবা পোকখি। করিগীদমক রারোই-দগে? ইবেম্মদি মীগী ময়ুমদা নীপা অমগী সেবা তৌতুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা অবস্থাদা করম্না রাধানা জটিলা কুটিলা অনিগী মফমদগী লাম্থোকতুনা চংকদগে? ইবেম্মনা খল্লিবা রাখল অতু শেংনা সুবল সখাদা হায়বকই, "হে সুবল কৃষ্ণগী প্রেমনা ঙাওরবী রাধা ঐ অসে কৈ অমোমগী মকোন্দা লৈরবী শজিগুম্বীনী; করম তৌতুনা ইনেম অমসুং ইচল অসিবু নাম্থোক্তুনা চংকদগে হায়বা অসি ঐগী খনবদা থোক্ত্রবা রাখন্না লাম্বা ফংদ্রবা রাখম অম'নি। খল্লু সুবল অশিংবা, তাকপীয়ু ঐঙোন্দা লম্বী অতু।" সুবলনা মোমোন

নোক্লহুনা হায়রকই। "ইবেম্মা মহুগীদমক ঐহাক শেম শাহুনা লাক্লবনি। শে শে ইবেম্মা! হঙোইবা তৌবিগনু সুবল ঐগী ফিরোন অসি ইবেম্মনা থোল্লো অহুগা ইবেম্মগী খাংচেৎ অহুনা ঐঙোন্দা পীনবিরো; ইবেম্মনা সুবল ঐহাক শাহুনা লেংবিখরো অহুগা ঐনা মফম অসিদা ইবেম্মা শাহুনা লৈজহৌরগে; ইবেম্মগী থবক পুন্নমক ঐনা তৌজহৌরগে নীপাগী ফিরোননি হায়হুনা হঙোইবা তৌবিহু। নব্রবদি কৃষ্ণ দর্শন ফংলরোই অমরোমদা ইবুঙোস্থ প্রাণ থাখিগনি।" সুবলগী ব্না অহু শ্রীমতি রাধানা হঙোইবদি লাইরহুনা য়াম্না হবাউনা য়ারহুনা অথুপ্পা কাদা মপু মনাই ফিজেৎ ওন্নখরে। ইবেম্মদো সুবলগী ফিরোন থোল্লবা মতুংদা সুবলগী সুবল অহু মঙায়রে। শ্রীমতি ইবেম্মা মোমোন মোমোন নোক্লুনা কৃষ্ণ দর্শনগী হুংঙাইবা রাখন মথং মথং খল্লকই। ওস্থোকপনি! লেন্নজনবা, মিহৌনফম ওইরবা নিংথিজরবা পোৎশক কয়ানা অরাবগী মরমস্থ করি করিগুম্বদা ওইহল্লি। ইবেম্মনা যাত্রা তৌরগে হায়না নিংলক্লুনা অমুক্তং লুবাকননা হেক য়েংথরকপা মতমদা পুণিমাগী থাজবু শুক্লবা লৈচিন্না কুপখিহুনা নোংনা ফুইনা তারকপগুম নিংথিজরবা ইবেম্মগী মায়থোং অহু অরাবা লৈচিন্না কুপ্তুনা লাংশিনখ্রে, মিৎস্না থম্বাল অনিহু মন্দাকিনীনা ইহৌরকপগুম ইরা থন্না চেল্লহুনা প্রেমগী ধারানা শিন্থরকপনা মথক থংবা নমখাং পুমচোৎ চোৎলে। ওস্থোকপনি! ইবেম্মগী কৃষ্ণ দর্শনগী লম্বী অহু অমৃত পুবা চীংজাও অনীনা খন্দুনা লৈরে; কৃষ্ণ দর্শন ফংদ্রে। অস্থম তৌনা তৌনা সখা সুবলদা য়েংলহুনা হায়রকই; "সুবল সখা, কৃষ্ণ দর্শন ফংদ্রে। হুপী

ওইবগী লেন্নজক্কম, চাউথোকচনবগী মশক ওইরবা অমৃতগী চীংজাউ অনি অসি লান্দুনা কৃষ্ণ দর্শন ফংবগী উপায় লৈত্রে। হায়য়ু সুবল! করি উপায় লৈরিবগে? পাইরক্কি রাখলদা মপা লৈত্রবা সুবলনা হংগৎলকই: "ইবেম্মা চীংদগী পোকপা অকিবদি ষণবী ষন্নাউ লৈরবা উরবদি কিবা কোকপনি। সে সে ষন্নাউ মচা অসি থাদা কোন্দুনা পমশিনবিরো অতুগা কৃষ্ণ দর্শনগী লম্বী লানবা ঙমগনি।" সুবলনা ষন্নাউ পীশিল্লে। ইবেম্মনা ষন্নাউ থাদা পমশিল্লে অমুক্তং লুব্রাক্লনা য়েংথরকই—মোমোন নোক্লগা সুবলদা হাইরকই: "ভাই সুবল কৃষ্ণ দর্শন ফংলে।" ইবেম্মনা ওইগী স্বর য়েংতুনা ওইগী খোঙ হান্না থাংতুনা কৃষ্ণ দর্শনগী যাত্রা তৌগ্রে।

ইবেম্মনা লেঙথোরকপা মতমদা জটিলা কুটিলা অনিমক অদু কোম্থোংদা লৈরম্মি। শ্রীমতি ইবেম্মনা মনেম ইবেম্মা জটিলাবু ভক্তি তৌরম্মী। সুবল বেশ থোল্লবী ইবেম্মবু ইবেম্মনি হায়বা থঙদতুনা "মঙ্গল ওইয়ু হায়বা আশীর্ব্বাদ পীতুনা বিদায় তৌনখি। মনেমগী বর ফংলবী শ্রীমতিনা হরাওবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ দর্শনগী দমক শ্রীকুণ্ড মপান তমনা লেংলকই। লেঙলকপা মতমদা উ-ৱা হৈ-লৈ উচেক-রায়া পুন্নমক্না থৌগল তৌতুনা লেংলকই।— ইবেম্মসু কৃষ্ণ দর্শনগী রাখল মওং মওং খন্দুনা লেংখিসনু সুবলসু আয়ান শঙ্গাইদা ইবেম্মগী থবক পুন্নমক্ ইবেম্মনা শিন্নরম্বা মতুং ইন্না তৌখিসনু।

অওইবা থিনরবদি যাবত গ্রা-দগী শ্রীকুণ্ড মপান তান্না চৎপসি হুজিক ওইরিবা অসিগী মতুং ইন্নদি ইলায় হেক লাইবদি নত্তে। হেক চৎপগা হেক য়োবা মফম নত্তে অতুবু ইবুঙো মাগী মনিংনি।

হায়না হায়না শ্রীকুণ্ড মপাল য়োম্নক্লে। লাপতক্না শ্রীকৃষ্ণনা সুবলগী বেশ থোল্লীবী রাধাবু উবা ফংই। মরমদি মাইকৈ অদোমদা য়েংবতনা শ্রীকৃষ্ণগী পোত্থানফম ওইরম্মি। অতুম্নদি ওইরগা শ্রীমতি ইবেম্মা অত্তবু ইবেম্মনি হায়বা খংলমদ্রে। বেশ অতুনা সুবলদা সুবল ওইনা লৌরম্মি। অতুনা অসুম্না লাউরকই:—"ইতাউ সুবল, ঐগী থব়ায়গী মবেম্মা রাধাদি কদায়?" শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু রাধানি হায়বা খঙদ্রে হায়বসি ভাব হেক তারকপদা ইবুঙোদা ফাগি জবাব খরদং থৌগল তৌবা থোকই হায়তুনা খুম্নকই—"ইতাউ ইবুঙো কৃষ্ণ! নঙগীদমক ঐনা হোৎনবা হায়ববু অসী মঙায়রে, অত্তবু জটিলা কুটিলা অসী লৈরিবমখৈদি মুঙাইগদবা লৈত্রে" অসুম হায়না হায়না শ্রীমতি রাধা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক নকশিল্লকই। শ্রীকৃষ্ণ সুবল বেশ শেৎপী রাধাবু খঙদ্রতুনা হায়রকই "ইতাউ সুবল, কৃষ্ণ ঐহাক অসিদি রাধা লৈবদগী লৈরিবনি রাধানা ঐগী লম্নী, রাধানা ঐগী থব়ায়নি কৃষ্ণ ঐগী লৈজবা পুম্নমক রাধাগী ঙাক্তনি—রাধাবু উনদবা তারবদি হিংতুনা কান্নদে" অসি হায়রতুনা শ্রীকুণ্ডদা চোংথতুনা প্রাণ থারগনি হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণ শ্রীকুণ্ডদা চোংথখরে। ইবুঙোগী মতৌ অত্থু উবদা শ্রীমতি রাধানা পাখৎ-খ্রতুনা থুনমক শ্রীকুণ্ডদা চোংথখরে। শ্রীকৃষ্ণবু প্রেম আলিঙ্গণ তৌরুরে। ইবেম্মগী অঙ্গ গন্ধ ফংবদা ইবেম্মনি হায়বা খঙলতুনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক্ শ্রীকুণ্ড মপান্দা লেঙখৎলে। ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণদর্শণ ফংজরে। ভক্তিনা প্রেম ফংজরে।

অসোমদা ইবেম্মনা হুমিদাংরাইগী যমুনাদা ঈশিং শোকপা লেঙবা মতম ওইরতুনা রাধা বেশধারী সুবল সখি ময়ামগা লোয়ননা

যমুনাদা ঈশিং শোকপা লেংথোরকই। ঙাঙনখিবা মতুং ইয়া শ্রীমতি রাধাসু মতম চানা যমুনা মপান্দা থুংলত্নুনা সুবল রাধা বেশ অমুক ওন্নরে। ইবেম্মনা আয়ানগী শঙ্গায়দা সখি ময়ামগা লেঙখ্রে। সুবল শ্রীকুণ্ড মপান্দা লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগা অমনা অমগী গুণ থাগৎ-নত্নুনা ঙাইহাক রারী শারগা নন্দালয় তানা ষণ হোয়রত্নুনা লেংলকই। ইবুঙো ইবেম্মগী অসিগুম্বা লীলা রস অসি মাথুরগী মতমদা ইবেম্মনা পাওথংনরকপা "সুবল বেশ" অমদি "সুবল সম্বাদ" হায়না বৈষ্ণবশিংনা কৌনৈ।

---

# গঙ্গা তুরেল

গঙ্গা তুরেল অসিবু মন্দাকিনী হায়নসু খঙনৈ, জাহ্নবী হায়নসু কৌই, ভাগীরথীসু কৌই, ভোগবতী হায়নসু খঙনৈ, অসীতসু নত্তনা ত্রিবেণী, হুগলি অমসুং পদ্মা হায়নসু কৌই। করিগীদমক তুরেল অসীগী মমিং অতুপ য়ামলিবনো অতুগা মাগী ঈশিংবু অসুপ শেংনা লৌনরিবা করিগীদমকনো হায়বদা পাউখুম পীননবগীদমক লাইরিক লাইশুগী য়া থরদং লৌবা তাই।

গঙ্গা তুরেল অসী হিমালয়গী চিংশা শল মনাতোন শাবা গোমুখী কৌবা নাপোমদগী হৌরক্লুনা ঋষিকেশ, হরিদ্বারনচিংবা মথং মথং লান্দুনা উত্তর প্রদেশ ফাওরক্লগা এলাহাবাদতা যমুনাগা তিন্নরগা নোংপোক পাংনা চেল্লক্লুনা বিহার লৈবাক ফাওরক্লগা বাঙ্গলা লৈবাক তারক্লুনা বঙ্গ উপসাগরদা তারে। মসিনা ভূগোলগী অশয়া রাফমনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙনিংলিবা অসিরাইদ্রা হেন্না খঙনিঙাই লৈতে। মরম অসিনা য়ারী লাইরিক্ল-চিংবদগী করি খঙনিঙাই লৈবগে হায়বা অমুকসু য়েংশি।

থাইনা মমাংঙৈদা সগর হায়না কৌবা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক অসি য়াম্না খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ ওইরম্মি। মহাকপু রামচন্দ্রগী শায়োন্নি হায়না খঙনৈ। মাগী মচা লিশিং হুমফু লৈরম্মি। মমৈথঙদদি সূর্য্যবংশ হায়বা তোক্লুনা সগরবংশ হায়না খঙনরে। সগর অসীনা অসুম অসুম খুৎকন পাঙ্গল্লক্রবা অতুদা মহাক্না ইন্দ্রগী মহুৎ শিল্লগে নীংলহুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ মথং মথং তৌবা হৌরকই। অসুম্না তৌরকপা যজ্ঞ অসীনা মরিক্লুতরা মাপল লোইশ্রহুনা চামা শুরকপা যজ্ঞ অতুগী শগোল

অত্ত ইন্দ্রনা হূরান্দুনা পুখ্রগা কপিল মুনিগী আশ্রমদা থম্মুরে। সগর নিংথৌনা শগোলগী খৃত্তং লীরকপা মতমদা কপিল মুনিগী আশ্রমদা লৈরম্বা উবদা শাউখিবনা রারী রাফম ইহং হংদনা কপিল মুনিগী মথক্তা লাম্বারে। কপিল মুনিনা শাওমনখিত্তুনা সগর নিংথৌবু মচা লিশিং হুমফুগা লোয়নননা ভৌং ওইনা তুমহনখ্রে।

মসিগী মতুংদা বংশ অসিদা নিংথৌ কয়া কয়া পানখ্রে। মমৈথংদা ভগীরথ কৌবা নিংথৌ অমনা পাল্লম্মী। মহাক্না মপা মপুগী অসিগুম্বা অরাবা রারী অসী তাবদা মখোয় পুম্নমক অত্তুবু লাম্নবা হায়বদি অমুক হন্না হিংননবগী মুনি ঋষিশিংগা রা তান্নখি। মুনি ঋষিশিংনা গঙ্গাবু ইরাৎত্রবদি মানা নিংলিবত্তু থুংলরোই তাকপিরবদা ভগীরথ নিংথৌনা গঙ্গা পুরক্নবগী অকনবা তোপ তৌখ্রে। মাগী অকনবা লাইনিং অত্তুদা গঙ্গানা পেল্লত্তুনা লেঙথবিরগে হায়না য়াবিরে অত্তুগা গঙ্গানা লেঙথরকপা মতমদা মাবু ওক্নবা মতিক মগুণ চাউবা লাই অমদি শম্নজো নত্রবদি তাইবংপান অপূম্বা ঈশিং ঙাক্তা ওইখিগনি হায়না তাকপিরে। মতম অসিদগী ভগীরথ নিংথৌনা চহি চামা চুপ্পা লাই নীংথ্রে। মমৈথঙদা শ্রীমহাদেবনা গঙ্গাবু ওকপিরগে হায়না য়াবিরত্তুনা গঙ্গানা অকিবা ঈথক ইপোম নোং-থাংগা লোয়নননা লেংথরক্লে। মহাদেবনা ওক্তুনা জটা মরক্তা পুশিন্দুনা থম্লগা ভগীরথ নিংথৌনা নীংজবা ঈচেম্বা ওইনা থাদবিরে। অশুম তৌরত্তুনা চীং-মাল মরক্তা চেল্লক্তুনা জহ্নু মুনিগী আশ্রমদা চেনশিল্লক্তুনা মুনিগী আশ্রম তাউথোক্কদোরে। মুনিনা শাওরত্তুনা গঙ্গাবু লোইনবা থকচিনখরে। ভগীরথ নিংথৌগী নীংবা কায়রে। মাঙবা তারে হায়ত্তুনা জহ্নু মুনিদা য়াম্না হায়জরবগী মতুংদা মুনিনা

মনাকোং অনিদগী গঙ্গাবু অমুক হন্না পুথোকখি। জহ্নু মুনিদগী থোরকই হায়হুনা গঙ্গাগী অতোপ্পা মমিং জাহ্নবী হায়না কৌখি। অসুম্না উত্তর প্রদেশ ফাওরক্তুনা যমুনাগা তিন্নরে, মফম অদুবু প্রয়াগ হায়না কৌই, অদুদগী গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী তুরেল অহুম অসি অমুক তিন্নে, মফম অদুবু ত্রিবেণী গঙ্গা হায়না কৌনৈ। অসিগী মতুংগী গঙ্গাগী ঈচেল অদুবু ভগীরথ মহারাজগী মমিং লৌহুনা ভাগীরথী হায়না কৌই। অসিগী মতুংদা মুর্শিদাবাদ ময়াদগী ইচেল অমা খাইখিহুনা হুগলি জিলা মহুংদা চেনখি। মদুবু হুগলি তুরেল কৌই। গঙ্গাগী অচৌবা ইচেলনা ব্রহ্মপুত্রগা তিন্নহুনা পদ্মা কৌহুনা খা পাংনা চেম্বরকই। মদুদগী নোংপোক মায়কৈ পাংখিহুনা মেঘনা তুরেলগা তিন্নহুনা পদ্মা মেঘনা কৌহুনা বঙ্গ উপসাগরদা তাখি।

অসুম্না গঙ্গানা চেল্লকপা মতমদা সগর অমসুং মাগী মচা লিশিং হুমফু অহুনা ঊৎ ওইখিবা মফম অদু গঙ্গানা থেংলবা মতম অদু-মক্তদা সগর বংশগী অরানবা খুবম ফংখি। ভগীরথ নিংথৌনা নীংবা থুংজখি।

স্বর্গদা চেনবা গঙ্গাবু মন্দাকিনী কৌই। স্বর্গ হায়রগা, থায়নগী লাইরিক্না প্রমাণ পীরিবা অদুগী মতুং ইন্না হিমালয়বু খঙনৈ। অরাংবা মফমবু স্বর্গ হায়বনি হায়নসু প্রমাণ পীনৈ। কৃষ্ণ পাণ্ডবনা স্বর্গ কাবদি হিমালয় কাবনি হায়না মহাভারতনা প্রমাণ পীরি। মসিনা তাকপদি স্বর্গদা চেনবা গঙ্গা হায়রগা হিমালয়গী চিংশা-নাপোমদা চেনবা গঙ্গাবু খংনবা তাই। মসিবু লাইরিক্না মন্দাকিনী হায়না খঙনৈ।

অমরোমদা লায়রোন্দা গঙ্গা অসি অহানবদা ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদগী হৌরকই অতুগী মতুংদা শ্রীবিষ্ণুগী চরন্দা চেম্থরকই, অতুগী মতুংদা শ্রীমহাদেবগী কোকথক্তা ঙাম্থোইরগা অমুক হন্না জহ্নু মুনিগী মচা নুপী ওইনা পোকলে হায়না তাকই।

গঙ্গা তুরেলদি স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল মরোল অহুম অসিদা ফাওনা চেল্লি। স্বর্গদা চেনবা মতমদা মন্দাকিনী, মর্ত্ত্যদা চেনবা মতমদা গঙ্গা অতুগা পাতালদা চেনবা মতমদনা ভোগবতী হায়না কৌই।

য়ারীগী মতুং ইন্না শেংলবা গঙ্গা তুরেলনি য়ারীদা শেংবগুম্বা মাগী মপান্দা ফমণ্ডুনা জপ, তপ, ধ্যান তৌবদা পুক্নিং শেংই, ফংদবা লৈতে। মরমদি অশেংবা মফমদা অশেংবা থবক তৌবদা পাওদবা লৈতে। পুক্নিং অসি শেংই। মঙোন্দা অমাংবা অমাঙবা ফত্তহোদি লৈবা ঙমদবা মগুণ লৈবগুম তৌই। বিজ্ঞানগী মায়কৈদা য়েংলুরগসু মঙোন্দা তিম্থুং লাইথুং কোকপা ঙম্বা, মহিক মতাং শিহনবা ঙম্বা পোৎচং খরা লৈরম্বা তাই। হরিদ্বার ঋষিকেশনচিংবা মফমদা বৈজ্ঞানিক, নাস্তিক খায়দনা মফম অসিদা স্নান তৌবা লাকই। মাগী ঈশিংনা শেংবনা মঙোন্দা তৌবা থবক মাগী ঈশিংনা তৌবা থবক পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইবা, সিদ্ধ ওইবা শোইদে হায়নৈ। মরম অসিদগী হিন্দুশিংনা গঙ্গাবু অসুক য়াম্না কিনা লুনা শেংনা লৌনরিবনি। গঙ্গাগী ঈশিং অমসুং তুলসী পত্র অসিগী মগুণবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়না শকপা শোনবগী লোইবা নাইদে। স্বাস্থ্যগী মরিদসু মখোয়গী চপচানা মগুণ লৈ হায়বদা মতিক চাবা প্রমাণগী য়াৎপা লৈতে।

# আশা

তাইবং পানবা অসীদা লৈরিবা থব্লায় পানবা পুন্নমক অসী মানা নীংবা অমমম ফংননবা অমদি থুংননবা হোৎনৈ। মাসী লৈবতনা জীবশিংনা নোম্মী, চৎলি, নোকই, কপই অসিনচিংবা···। অহুম্মদি ওইরবদা অফ ফত্তগী মহৈ হান্না খঙবা ঙমদ্রবা জীবশিংনা মাহু ফংলবদি, মাহু উরবদি, খঙলবদি মাহু শেৎলবদি মাগী নীংজ্রিবা অহু থুংগনি হায়হুনা তাইবং ঈপাক্কী ঈচেন্দা পনথুংফম খঙদনা তাউথরি। অসিগুম্বা রাখল অসী লৈবতনা হিংহুনা পাননবগী মরু অসিবু "আশা" পুক্লিংগী পনথুংফম হায়না কৌই। হায়রিবা আশা অসী লৈবতনা মীওইবনা অতৈ জীবদগী তোপতোপ্পা ওইনা লৈরি। জীব খরনা মহৌশানা পীথোরকপা লৌশিংগী মতুং ইন্না হিংহুনা পান্ননবা হোৎনৈ, অমরোমদা হায়রগা মখোইগী রাখলগী লৌশিংদি অকক্লবনী। মীওইবগীদি পনখৈ পীবা ঙমদে। রাখল তৌননবা পাঙ্গল লৈত্রবতদা আশাগী ঙমখৈ ওই।

তাইবং পানবা অসিদা মখল কয়া কয়াগী মীওইবা হায়বা জীব অসী লৈ। অচৌবা, পীশক, ইনাকখুনবা, লায়রবা খোঙতেক মিৎতাংবা, ফজবা, অথিবা, ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র, হাও, ময়াং, পাঙল অসিনচিংবা। হায়রিবা পুন্নমক অসি তরা লৈবনা চামা, চামা লৈবনা লিশিং লক্ষা কোটি অসুম্না অরোইবা লৈত্রবা আশানা মাবু শেমহল্লী অমুক করি হায়রুগনি, লমজাও শোড়োক্তা চৎলীবা থুংলম থুংকাত্তনা ফী শেৎ ইল্লিবা, চরা নাম চারগা অনীশুবা চরা চাবা ঙমগনি ঙম্মোই খংদ্রীবা চাকনিবা অসিস্থু নোংমদি মহাকস্থু খাইনা পাল্লীবা অসিগুম্না পাল্লখিবা য়াই হায়বা আশা অমনা

চিংন্থনা লৈবা ঙমহল্লীবনী ; নত্রবদি—মহাক্না ছিংন্থনা লৈবগী অর্থ লৈতে। অর্থ লৈতবা থবক্তী তাইবং পানবদা লৈতে। অফ ফত্তগী খেন্নবদি লৈ। মতৌ অস্মুম তৌরন্থনা চানিংবা চা, শেংনিংবা শেংপা অত্থমক ঙমত্রবস্থ হয়েংদী থরদং মফরক্তদ্রা হায়বগী আশাদা মৈতান্না ৱাখৈদ্রি ফাওবা লোইবা নাইদনা থল্লি। খোঙতেক মীত্তাংদগী হৌরন্থনা বন জঙ্গলদা লাই নীংবা ফাওবা আশাগী মতুং ইনবা ঙাক্তনি। আশা লৈতবা লৈতে। মীওইবগী মপোক্তা কনামতা মহাক্তী পেনন্থনা শিখিদে হায়বা অসি তশেংনা হায়বমক ঙমত্রবস্থ পেল্লম্মোইদ্রা হায়বা অসীমদি চীংনবা য়ানা অত্থম মরৈরে। পুন্নমক নিংই, থল্লী পাঙথোকপা ঙমদন্থনা শিখিবনা মহাল্লী। অমগী মতুংদা অমা পামই। মান্থবু ফংলগা অতোপ্পা অমা অমুক ফংনবা হোৎননিংই। অস্মুন্না নীংলিবা অত্থমক্তনা মহাক্কী মশাদা অৱাবা অমা ওইন্থনা পুন্সী অন্থ অত্থম হেক লোইমীন্নে। অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদী মীওইবা হায়বসিনা পুন্নমক অসী উবা অমস্থং ফংবা ঙম্বা নত্তে। লেপনমক উবা ফংদ্রবা মহাক অমত্তনদি পুন্নমক অসিবু মখুত্তা পায়রী অন্থনদি মহাক অন্থবু ফংবা উবা ঙম্বা অতুতদা অপেনবা হায়বন্থ ওইন্থনা আশাগী ঙমখৈ পী।

হৌজিক্কী ৱাহৈ অসীগী মরু মুন্না থিজিল্লবদি আশা হায়বা অসী অৱাবা খোৗরাংবা লাংতক্লনবগী মশক হোংদোক্তুনা উৎপা অমনি হায়না লৌবা য়ারে। মীওইবগী মপোক্তা নীংথৌরেন্দগী ৱাইশীৎপা ফাওবা ৱাখল অসীনা তোংদবা লৈতে। মসীনা হেক তোংদবা হুমিত্তগী মীওইবা হেক হায়দোকই। অন্থনদী অৱাবা

অসীমকনা হীংহ্নুা পাননবগী মরমনি। মী অমা ওইনা পোক্লবদি ব্বাত্তবা লৈতে। মচানীপা পোক্তবনা পোকনিংই, হ্নুপী পোক্তবনা হ্নুপী পোক্লিংই, মচা শুকপোক পোক্তবনা মচা পামই। য়াম্না পোক্লবনা পোকনীংদে, মচা নিপা হ্নুপী লৈরবনা পু পাং শুদে, পু পাং শুরবনা ইনাক কৈরাক খুননীংই। পুন্নমক অসী লৈরবা কনাগুম্বনা মরাইথুং য়োনা ফত্তে। অস্নুম তৌহ্নুা অচৌ পিশক খাক্তনা মাগী মাগী চাং অহ্নুগী মতুং ইন্না অৱাৎপা অমমন্না অৱাবা খৌরাংবা পোকহল্লি। অৱাবা হ্নুঙাইবা, অৱাৎপা ৱাত্তবা, অথুংবা থুংদবা অরৈবা লৈতবা, উরু উরু লৈহ্নুা মীগী মপোক্তা চক্রগী মশক ওইনা থোকহল্লি। পুন্নমক অসি ব্বাত্তনা মী অমগী মপোক্তা পীবা লৈতে। মসী পুন্নমক্ অসীবু শীল্লিবা মহাক অমদি লৈবা তাই, মহাক অহ্নুতনা পুন্নমক অসী পীবা ঙম্বা তাই। মসী য়োনা খনবা ঙমলিবা মীনা খঙব, ঙম্মি—তাইবংপানগী অৱা হ্নুঙাইবা অসিনা ঈশ্বরগী খুয়া তানবগী লম্বী অমা চাউনা ফাত্তোকতুনা থম্মি। মসীবু অউবনা উই, মখোয়বু অশিংবা কৌনৈ। উবা ঙমদ্রবা মহাক অহ্নুবু অপঙবা অস্নুম কৌনৈ। মহাক-মহাক অহ্নুা ষনা আশা তৌজহ্নুস্নু ঈশ্বরগী খুৎশেমগী মহ্নুং অসিদা মানা মানা তৌজৱকপা কর্ম্ম অহ্নুগী গুণ পাপ য়েংলগা মহাক অসীদি হ্নুঙাইবা, য়াইফবা তৌবা ঙম্বা খোঙ তেকপা মরোন থোক্তবা মমিৎ তাঙবা ওইনা পোক্কদবনি হায়বা অহ্নু অহ্নুগুম্না মচা মশু ফংজগদবনি হায়বা মী মহাক মহাক অহ্নুগী ইমুংদা গর্ভদা জাত্তা চংহ্নুা মতম হ্নুমিৎ ককতুনা পোকলকই। অহ্নুা আশা মওং লেপ্পা কর্ম্ম হায়বা অমস্নু অমুক লৈরে।

মতাঙ অসী য়োরকপ্পদা সংসার অসী অৱাবা ঙাক্তনা থল্লবরা

হায়রক্লা রাহং অমা লাকই। মসীদা জোম হায়বস্ন লাক্লে, নত্রে হায়বস্ন চুম্মী। থাজৈশেংনা হায়রুরবদা তাইবং পান্নগী মপু পরমাত্মা মহাক্লা মাগী মচাশিংবু করিস্নু রাহনল্লিংক্লা নত্তে। মহাক্লা রাহনবস্নু নত্তে। মহাক মহাক অত্তুনা রাজবনি। রাইবগী মক শিরুরবস্ন সংস্নার অসি হুণ্ডাইকমনি হায়বসি শোইদবনি মসীদা হুণ্ডাইরুরা হৈজদবনা রাজবতনি। পুম্নমক্ হুণ্ডাইবা হৈরগা হুণ্ডাইরা ওন্নি। অত্তুদি হুজিক্কী চারগা হোরেলগী চানিংঙাই লৈত্রিবা মথোয় অত্তুস্ন হুণ্ডাইবা হৈরবদি হুণ্ডাইবা শীংদা চনবা যাবা অমা লৈবা তাই। অওইবমক্ লৈগদবনি অমস্নুং লৈরিবনি। ম্যানা তৌজরকপা কর্ম্মগী মহৈনা ম্যানা হুজিক মত্তু চারিবনি। অত্তুনা হন্দকমুক খরা ফনা তৌজরগা মতুংদা মাগী খরা ফনা ফংজগনি হায়না খনবা ঙমলরা মহাক অত্তু শোয়দনা হুণ্ডাইবা ওইগনি। অত্তুনদি অপেনবা হায়বা অসীস্নু হুণ্ডাইবগী হৌরকফমনি হায়বা অসী লৈবাক্তা খুত্তুমনা খুবদা শোয়দ্রবগুম্না শোয়দ্রবা রাহৈনি। অপেনবা লৈত্রবদি আশাগী অরোইবা লৈতে। অফ ফত্ত দোষ গুণগী মতুং ইন্না থাক থাক ওইনা লৈজবতনি। বনদা লাই নীংত্তুনা লৈরিবা মহাক অত্তুস্ন মাগী ঈশ্বর খুঙনীংবগী আশা অমদি অত্তুম মরৈগনি। অরুংবা অস্নোৎপগী খেন্নবতনি। অস্নুম তৌরদুনা তাইবংপানগী তোঙান তোঙানবা পন্নথুংফম অত্তুবু মীওইবগী বুদ্ধি, জ্ঞান্ খেন্নবা মতুং ইন্না অমত্তা ওইবা রাহৈনা "আশা" হায়ন্না কৌনৈ।

---

# নৌম্বা যুম্বামবা

নৌনা যুম্বানবা, নৌনা লুহোংবা, নৌনা হুপী থিবা—থবক অমত্তনি। হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না থাইনদগী হৌরতুনা নীপা অমগী পুন্সি অসী ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বাণপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস হায়বা থাক মরি থোক্লা খায়দোকই। অসুম্না খায়দোকলিবা অসী মরম লৈতনা খায়বদি নত্তে। থাইনা মমাঙৌনা হুজিকী মতমদগী য়াম্না হেন্না চাংনাইবা হৌনবী অমগী মতুং ইন্না চৎলম্মি হায়বসি তশেংনা তাকই।

ব্রহ্মচর্য্য :— চহি মঙাদগী হৌরতুনা অঙাং অমনা ওঝাগী ময়ুমদা লৈতুনা মহৈ-মশিং তমই। ওঝাগী থবক-ইংথাং নোমই। মপা মমাদা তৌগদবা লমচৎ ব্যবহার অমসুং সেবা তৌবা মওং চপ চানা মাগী ওঝাদা তৌই। অসুম তৌতুনা চহি ২৫ শুবা ফাওবা অতুগী মতুংদা তানগদবা জ্ঞান লৌশিং মশানা তুংদা তৌরগদবা থবক পুম্নমক ওঝাগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা তৌহল্লি।

হায়রিবা নিয়ম অসী হুজিক্কী মতমগী শিক্ষাগী মরমদসু থোইনা খেন্নবা লৈতে। চহি মঙাদগী লাইরিক তম্বা হৌবনা চহি কুনময়রি কুনমঙা শুবা মতমদা তম্বা হৌনবা মহৈ মশিং অয়াম্বা লোইবা ওম্মি। খেন্নবা হায়বা মতুং থাইনা মমাঙৌদনা ওঝাগী ময়ুমদা লৈতুনা মহৈ মশিং তম্মি হুজিক্কিনা মমা মপাগী ময়ুমদা লৈরগা স্কুল, কলেজ চৎনা থোক্লা তম্মি। অদোমকসু বনারসকী হিন্দু ইউনিভার্সিটিগুম্বা মফমদদি ওঝাগা পরুয়ানগা লৈমিন্নতুনা লাইরিক তম্বগী পাথাপ অতু হুজিকসু চৎলি।

গার্হস্থ্য : — চহি ২৫ গী মতুংদা ওঝাগী য়ুম থাদোকুনা লাকলগা মপা মমাগী মনাক্তা লৈরবা মতমদা গার্হস্থ্য ধর্ম্ম হায়বদি য়ুম পানবগী

ধর্ম্মদা চঙডি। ধর্ম্ম হায়বনা খঙহনবদি তৌফম থোকপা থবক হায়বনি। ইংরেজীদা হায়রগা duty হায়না খঙনৈ। সংসার অসীদা মী ওইনা পোক্লবদি য়ুম পানগদবনি হায়বদি হুপী নহা থিগদবনি। মাসি তৌদবা য়াত্রবা থবক অমনি। শেল থুম তানগনি। অংাংমুবী থাক্লনবা হোৎনগনি, মহৈ মশিং তমহনগনি। মতম অসীদা লন থুম তান্নবগী শুরম চৎলম পুন্নমক ওঝাগী মন্নুমদা লৈরিঙৈদা খঙলকপা মরমনা নীপা অত্থনা থোইনা রারুফম থোক্তে। অস্তুম তৌরত্থনা চহি ৫০ ফাওবা অসী য়ুম্বানবগী থবক্তা মপূং ফানা লৈগদবনি। হায়রিবা মতম অসিদা নীপা অমনা য়ুম অমা লিংবা ঙম্বগী অমস্তুং ঙম্নবগী থবক পূন্নমক তৌবা ঙমহৌই।

বাণপ্রস্থ ঃ— পুণ্য তানবা মতমনি। চহি ৫০ দগী মথক হেক ওইরকপদগী পুণ্যগী লম্বী থিগদবনি। করম তৌরগা মহাক্কী আত্মা অত্থ ইংবা য়াগদগে, করম তৌরগা ঈশ্বরগী খুয়া তানগদগে হায়বা থিগদবা অহানবা মতমনি। মাসিগী লম্বী তান্নরকপা মতমদদি ইমুং মন্নুং লন থুম অসীগী হুংশিবা অপাম্বা থাদোক্তবা য়াদে। চহি ২৭ চুপ্পা তোৎনরক্লবশিং অত্থবু করম্না খংথৎ থদৎত্থনা চৎপা ঙমগদগে ? ঙমফম থোক্তে। অত্থনা খরা খরা লাপথোকপা তমগদবনি। অসিনা থোকপদি য়ুম থাদোক্লনা মতেক মতেক অচিকপদা চৎত্থনা য়ুম অমা পাল্লমবগী হুংঙাই য়াইফবা অত্থ থাদোকপা তমগদবনি। হায়রিবা মতম অসীগী মন্নুংদা মানা পোকপা মচানা মহৈ মশিং তম্বা লোইরত্থনা ময়ুম মকৈ পানবা মতমগা চপ চান্নরৈ। মতৌ অস্তুম তৌরত্থনা চহি ৭৫ রোম শুবা মতম ঋাওবসি মতেক মতেক চাং য়েংগদবনি।

সন্ন্যাস :— চহি ৭৫ গী মথক ওইরকপদগীদি ময়ুম মকৈ পুম্নমক পুমথা থাদোক্তুনা অচিকপদা ঈশ্বরগী খুয়া তানগদবনি। মতম অসিদা মুংশি মুঙোল অমসুং অপাম্বা পামদবা অসী পুম্নমক্কী মরী পুম্নমক ককথৎকদবনি।

মতৌ অস্তুম তৌরহুনা মীওইবগী চহি ১০০ গী পুন্সী অসী চহি ২৫/২৫ থোকনা খায়দোকপা থোঙ মরিখক লৈ। নিয়ম কায়দনা ইংনা পানগে হায়রবদি থোঙ মরি অসী অহান অকোন কায়দনা চত্তবা থক য়াদে। শম্না হায়রবদা অহানবদা জ্ঞান তানগনি, অনীশুরকপদা লন তানগনি মুপী-নহা থিগনি, অহুম শুরকপদা লাই নীংহুনা পুন্য তানগনি, মরিশুরকপদা পুম্নমক্ থাদোকতুনা অরান খুবম তানগনি। মীওইবগী অরোইবা পুন্সিদি ঈশ্বর খুয়া তানবনি হায়তুনা মতম চাদনা খ্বাই পুম্নমক্কী মমাঙদা সণ্যাসকী রাখন.তৌরুবা য়াদে। বুদ্ধদেবগী, শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভূগুম্বা মী খুদিংমক্না ওইবা য়াবা নত্তে। লম্বোইবা ঙাক্তনা লৈবাক অমা শেম্বা য়াবা নত্তে। মাখোয় খরা অসিদি তাইবং মীওইবগী ফিদম ওইননবগী দমক তোমথিন ওইনা খরদং থোরকপদনি। মখোয় অসীগুম্বা ঙাক্তা ওইগে হায়রবদি জগৎ অসিনা অনৌবা সৃষ্টি অমা ওইগদবা মতমদা থোক্কদবনি। তাইবংপাল অসীদি থবক তৌফমনি।

মসিদা পোকলবদা মাগী মাগী তৌফম থোকপা মথৌ থাদোকপা য়াদে। মসি সর্ভপল্লি রাধাকৃষ্ণনুনচিংবা রাখল চাওরবা মী কয়াগী মোতনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা অসীগুম্না লেনগদবা মীওইবগী চহি ১০০ গী

পুন্সি অসীগী অহানবা শরুক্কী চহি ১৬/১৭ শুবা অঙাং অমবু ময়ুম পালহনবিরবদি মাগী তুংগী পুন্সি অহ্ করি ওইরগদবা মত্তুদি মতম চাদনা শাংপা লৈ মতম চাদনা পানবা হৈগুন্না লৈকা শুরদে অমসুং হৈজিং ফারদে। পৃথিবী অসীদা পোকখিবা মী কয়া কয়া মতম অসীদা, অসীগী মমাঙদা ময়ুম মকৈ পানখিবা লৈখিদে হায়বদি লৈতে। খুদম অমা ওইনা তাক্পা নাইদনা খঙনরবা মহাত্মা গান্ধি চহি ১৩ দা লুহোংখি। মহাক্কুম্বা মী কয়া লৈবা য়াধগে অমসুং ঊবগে? মহাক্কী মতৌ ঐখোয় কয়ানা তম্বা ঙমগম খোকপগে? মতু-মচা থিরবা মী কয়ানা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম ঙাকতুনা জ্ঞান মপুং ফানা তানবা ঙমখি। তৌইগুম্বসুং মখোয় অতুগী খুত্থং ঐখোয় কয়ামা ইনবা ঙমগদগে?

অমরোমদা চুদগী চুহিং, চুহিংদগী চুহী, চুহীদগী চিনি অঙাঙবা, চিনি অঙাঙবদগী চিনি অঙৌবা থোকই। চুদগী চিনি অঙৌবা তারকপদা মথাঙ কয়া চারকপা, চুগী চাংদগী চিনিগী চাং য়োরকপদা কয়া খেন্নবা অসীগুমত্তুনা ঐখোয়না চারিবা চিঙাক্তগী মরুওইবা মহী, মহী অসিদগী ঈ, ঈদগী শত্থম, শত্থমদগী মহাউ, মহাউদগী শরা, শরাদগী তোং, তোংদগী শুক্র, বীর্য্য ইংরেজীদা Semen অসী থোকই। মথাং কয়াগী মতুংদা ওইরকপা বীর্য্যনা চাং কয়া রাম্বা হৌনবগে হায়বা অসী হায়রুত্তুনা থোইনা কান্নদ্রে। অসীগুম্বা বীর্য্য অসীবু মতম চাদমা চাং নাইদনা শিজিন্নখোকলবদা মহাক অতুগী তুংগা করি ওইরগদগে হায়বা নৌহৌমা থারুত্তুনা কান্নদে।

হকচাং পাঙ্গল ময়েং তাগনি, বুদ্ধি মরায় চায়গনি পুন্সি ময়েং তাগনি। মকম চাদনা মতম চাদনা ইন্দ্রি পেন্নমবগী দমক বীর্য্য

মাঙহনবা মহাক অতুনা হৃষ্টনা থল্লুরগা ভাব হেক তারকপা মতমদা মতুং অমুক তৌদ্ররোই হায়না হেক রাশকই। যু থকপা নিপানা শরী শোনবগুম্বনি। যু ঙাওহুনা তুরুরবগী মতুং ভাব তারকপা মতমদা অমুক থক্লরোই থল্লি। থরা লৈরগা মহাক্কী ময়াই অতুনা কারকপা মতম অহুদা পুম্নমক কাউথোক্তুনা অমুক হন্না থকতুনা হেক তুই। অদুগুমতুনা ইন্দ্রি সংযম ওমদ্রবা মী মহাক অতুনা মথং মথং শায়নপোৎকুম্না বীর্য্যবু মাঙহল্লম্মি অতুনা মমৈথঙদা মশাগী লম্চৎনা-মরায়থুং ওইহুনা শিরমদাইদা মহাক্কী মরাল অতু য়ারকই।

অসুম তৌবা মরোং অসীদা মতম চাদনা ময়ুম পাল্লবা অঙাং-শিংসু অসীগুম্বা মৈচাক ফংলোই হায়নিঙাই লৈরোই। অসীগুম্বা দশা অসী শশানা মশাদগী থোকহনবা কাঙলুপ অমা, অহন-লমন য়াওনা থোকহনবা কাঙলুপ অমা অসুমনা কাঙলুপ অনী থোকনা পোকহল্লি। মাসিগী অরম অয়াংদি খ্বাই পুম্নমক্না থঙবদা য়াব্রোই। খুদম ওইনা হায়রবদা—

চহি ১৭ তা শুরিবা নিপা অমনা চহি ১৫ গী নুপী অমা লুহোংলে। চহি অমগী মতুংদা মচা অমা পোকলে। থা ১৬/১৮ কোল্লগা মচা অমা অমুক পোকলে। অহানবগী অঙাং অতু খোম-ককলাই চুরে। অরাবা দশা ওইহল্লে। চহি ৪/৫গী মতুংদা অঙাং অনি অহুম মথং মথং পোকলে। নুপী অতুনা চহি ২০গী অবস্থা য়ৌরকপদা নিপা অতুগী মন্দোলগী লেংদা কাখ্রে। নীপা অতুদি হুজিক্তা তিং তিং লাউবা পাখং ওইরকলি। নুপী মহাক অতুদি মচা ময়ামগী হোৎনবদা মশাগী যতন লৈত্রে, কেবা মৌবা খঙদ্রে। চহি ২১/২২ দা ঙায়রিবা নুপী মচাতু ওম্বোকপা মীওই ওইরে।

মতম অসিদা ইনখৎলকপদা ওইরিবা নিপা, ফজবদা থিরিবা; নিংথিজবদা মাগী ওইনিংবা মহাক অহুনা অতোপ্পা ইবেম্মশিংগা সঙ্গ ওইবা পাম্মকই, য়ুমগী মবেম্মবু মীরাইরকই। অসুম্না মীরায়রকপা অসি য়ুমগী মবেম্মা চহি ২১/২০ দা ঙাইরিবশিংনা কয়া কুইনা রারোদনা থাংবা ঙমগনি। মশাগী মুঙাইবা তাল্লবা নিপাগী ফোরোই য়েংলগা মহাক অহুগীসু ইন্দ্রি পেন্নবা থৌরাং মশানা তৌজরকপা মহৌশানি। অসুমনা নিপা মুপী অনীমক লায়থুং পকলকই, লৈকোক-লৈকাই লৈবাক্তা ফত্তবা মনম শন্দোরকই, লমচৎ নাইরক্লোই হায়বা কনানা হায়বা ঙম্বগে? অহুদি হুজিক্তি—

অনাবা লৈরবদি হিদাক লৈগনি। অহু ওইরবদি নৌনা য়ুম্বানবগী হিদাক্তি কদায়? ঐখোয়না খুম্মি—ফত্তবা সঙ্গ তৌহন্দবা—ফত্তবা রাখন তৌহনদবা অমসুং থবক থোকনবা খুদোং চাবা ফংহন্দবা, মুংশি মুঙোল পোকপা য়াবা কুম্মৈ য়েংহন্দবা অসিনচিংবসি মপা মমা ওইবশিংনা শিজিন্নগদবা হিদাকনি।

---

# পরমাত্মা
## ঈশ্বর

( খণ্ডণমদ্রবা পরমাত্মা অসী থিবদা যুক্তি প্রমাণ য়াম্না চঙই। অতুবু লেখকনা পীকখ্রবা রচনা অসিদা প্রমাণ খরদং পীবিত্নুনা জীবাত্মা, পরমাত্মা অমসুং তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগি লম্বী মশক তাক্লি। অতুগা রাফম অমদি লেখকনা হাইবিরি "পরমাত্মা"না পেল্লগা মনা পী, পেনবিদ্রগা দণ্ড পীবি হায়বসি নির্গুণ পরমাত্মা ওইনা লৌ-রগদি ব্যাখ্যা চঙলিব্রা হাঙ্গীবসী বৈষ্ণব বর্গনা খনবিনবা লেখকনা থম্বিরি—সম্পাদক )।

হিংত্নুনা পাল্লিবা জীবগী মতুংদা পীকখ্রবা তীল কাংদগী মুনি ঋষি ফাওবা অসী মহে মহে মানা থোকপা পণ্ডওইতা ওইজবনি কনা অমত্তগী থৌইনশিন মখা পোন্দে, মাবু শেম্বা কনাসু লৈতে হায়বা ব্রা অসী ঐখোয়না থাজবা ঙমদে। চিনবান থোঙদা তুক হায়নরবসু, মাতুমকনা তুংকোইবা য়াবা রাঙাঙ ওইবা য়ারক্তে। অওইবমক জীব পুন্নমকসে মাবু শেম্বা মপু অমগী থৌদা পাঙথোক-নবা হোৎনবনা হিংত্নুনা পান্নবগী মরমনি। ঐখোয়না খঙঙি মরম য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা ওইবা য়াদে : অমনা অমগী অতোপ্পা অমনা অতোপ্পা অমগী মরম, অসুম তৌরত্নুনা অমগা অমগা পরেং শানা শম্নখিত্নুনা ইহাল হানবা হৌরকফম য়ৌনা শম্নখি। অতুনদি খ্বাই পুন্নমক অসীগী হৌরকফম হায়বদি মরম ওইবা অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই। মহাক অতুগী খৃজিল থৌরাং মতুং ইন্না পুন্নমক অসী লেঙঙি পাল্লিবা—অপিকপা অচৌবা জীব

পুন্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌরি। পুন্নমক অসীনা তৌরিবা অসি মহাক অচ়্না খণ্ডবা লৈতে। জীব অমগী হকচাং কয়াত্তা থোকলিবা অমসুং তৌরিবা অহু জীব মশা মশানা খণ্ডজবগুম মহাক অহুনা লেঙডি পাল্লিবা পুন্নমক অসিনা তৌরিবা অসি খণ্ডি। মহাক অহুবু ঐখোয়না পরমাত্মা ঈশ্বর হায়না কৌই। পরমাত্মাগী কলা অমমম্না জীব খুদিংগী দেহ পুবা আত্মা অমমম ওই। অহুনদি জীব খুদিংনা তৌরিবা হায়বদি জীব অহুগী আত্মানা থৌদারকইবা অহু ঈশ্বরগী থৌদানি হায়না লৌবদা থোইনা লুনা খল্লুক্রম থোকতরে। খাইদোকলকইবা কলা ( শরুক ) অহুনা মাগী হান্নগী মফমদা হজিন্নবা হোৎনবা হায়বা অসী শোয়দবনি। মাসিনা থোকপদি জীব খুদিংগী আত্মা অহুনা পরমাত্মাদা তিন্নবা হোৎনৈ। হোৎনরিবা অসীনা জীবগী অরান খুবম তানবা ওই। জীব পুন্নমক অসী মশাদগী থোকপনিনা জীব পুন্নমকনা নীংলিবা, তৌরিবা, চৎলিবা, লেঙিঙবা, পাল্লিবা পুন্নমক অসী ইবুঙো মহাক্না খণ্ডলোইদবা লৈতে। মহাক অসীদি মতম পুন্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ। পুন্নমক অসী উবা ঙম্মি, পুন্নমক অসীনা নীংলিবা, খল্লিবা, উরিবা অসী খঙবা ঙম্মি; মহাক্না তৌবা ঙমদবা লৈতে। অহুনা ইবুঙো মহাক অসীবু সর্ব্বব্যাপী, সর্বজ্ঞ, সর্ব্বশক্তিমান পরমাত্মা হায়না খঙলৈ। জীব ওইরিবা পরমাত্মাগী অংশ অহুনা পরমাত্মাদা তিন্নবা হোৎনরকপদা অপাম্বা, শুংশিবা, শেৎনিংবা, চানীংবা য়েংনিংবা অসীনচিংবা মায়ানা অপনবা পী। অপনবা অসীনা জীবগী পুন্সি হায়বহু ওই। অসুম তৌহুনা জ্ঞানী ওইবা মীনা পরমাত্মাগী খুবম ফংবদা থরা হান্না ফংই; অপঙবা মূর্খ ওইবনা থরা তপ্না ফংই; অসীতনি

খেন্নবা -য়োবদী শোয়দবনি। জীবনা পরমাত্মা ফংদ্রিঙৈগী মতাং অসিদদি অপেনবা লৈতে। জীবাত্মা অত্থনা পরমাত্মাদা হেক তিল্লবতদা অইংবা খুবম শান্তি ফংবা হায়বত্থ ওই।

অসীগুম্বা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবা কনাগুম্বা অমা লৈবা তাই হায়রগা ঐখোয়না পেনবা ঙমদে। মহাক অত্থ করম্না লৈ মওং করম তৌবগে হায়বনচিংবা ব্রাহং মঙা-তরা থোরকই। ঐখোয়না ইলায় লায়না ঐখোয়গী পুন্সী অসিদা ইতৎ তত্তনা থেংনৈ— ঐখোয় ইশা অসীনা অরাবা অনংবা হেক তারকপদা মসিবু করম্না ওইরক্লিবনো অত্থগা করম্না তৌরগা কোক্কদগে হায়না অসুম হেক তান্নরকপদা মাসিবু করম্না ওইরকলিবনো অত্থগা করম তৌরগা কোক্কদগে হায়না অসুম হেক থিরকপদা খঙহৌদনা পরমাত্মা ঈশ্বরগী ম মং অসী পুক্লিংদা হেক পাল্লি। নিংঙাইগী মওংদা পঙয়েৎ য়েৎলবসু চেৎত-চেকশিল্লকপদা মমৈ তাবদি মাঙোন্দা হেক্তো তারুই।

অত্থগা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক অসী অমনা অমগী পেন্নবগী অমসুং ওইননবগী মরম ওই। অসুম তৌত্থনা মরম অসি মথং মথং থিগৎলকপা মতমদা মহাক অত্থগীদি ওইবিনবা মরম অমা লৈত্রবা অত্থগুম্বা অমা ফংগনি। মহাক অত্থবু পরমাত্মা হায়না খঙগনি। অমুকসু ঐহাক কনানো? ইপা অত্থনা পোক পনি। ইপা অত্থনা পোকপনি হায়রিবা ইপু অত্থদি কনানো? ইবুধৌ অত্থনা পোকপনি। ইবুধৌ অত্থদি কদাইদগীনো? ইবুধৌ পুরেন অত্থনা পোকপ ন।······অসুম তৌরত্থনা মথং মথং মরী থিগৎলকপদা মহাক অত্থবুদি পোকপা অমসুং ওইহনবিনবা লৈত্রবা কনাগুম্বা অমা

ফংগনি। মহাক অত্থু পরমাত্মা ঈশ্বর অত্থুনি। মহাক অত্থুদগী লেভিঙ-পাল্লিবা পুন্নমক অসী হৌরকপা ঙাক্তনি। অত্থুনা মানা মানা তৌবা কর্ম্ম অত্থুগী মতুং ইন্না মহাকনা পেনবিরগা মনা পীবি, মহাক্না পেনবিদ্রগা মতীক চাবা দণ্ড পীবি। জীবগী মপোক্তা অন্না অনানা দণ্ডনি, হুণ্ডাই য়াইফবনা মনানি। দণ্ড পীনবা, মনা য়েন্নবা মফম তোঙাম্না অমা অমস্থু লৈতে।

মতাং অসি য়োরকপদা ৱ'হং অমা অনিদংস্থু হংনিঙ্ডি ঃ— তাইবংপান অসিদা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক মহাক্কী ঙাক্তা ওইরবদি ১স্থুং মানা শেম্বা ঙাক্তা ওইরবদি ঐখোয়না হৈ অমা লৈ অমা হেক্তুনা ইবুঙো মাঙোন্দা কৎলিবা ১স্থুং কৎলুবগী করি কান্নবা লৈরিবগে? মাগী মপোৎপু মাঙোন্দা পীরগা করি হরাওফম থোকপগে? ইবুঙো মাঙোন্দ। পুন্নমক অসী তিল্লুরিবা ঙাক্তনি হায়ত্থুনা পুন্নমক চপ মান্ননা উৎবস্থু মাগী মাগী তৌজমনদি ইবুঙো মানা উদবা-খঙদবা লৈতে মরম অসীদগী ইবুঙো মহাক্না অপেনবা খরদংদি লৈফম থোকই। মীরমলেন্দা খল্লুরবস্থু মত্থুগী মহৈ খরদি শোয়দনা লৈফম থোকই। ঐনা লংফৈদগী য়ুমদা লাকপা মতমদা ইপানা থাবিরকপা শেলদগী ইপাগী দমক করিগুম্বা পোৎ অমা তম্লকই। য়ুম য়োরগা পোৎ অত্থু ইপাদা পী। ইপানা পোৎ অত্থু ফংবগা হরাওগদ্রা হরাওরোইদ্রা? শোয়দনমক খরা হরাওগনি অত্থুন্নদি ওইরগা পোৎ অত্থু মানা পীখিবা শেল অত্থুদগী খরচ তৌত্থুনা লৈরকপনি হায়বা অসিস্থু ইপানা খঙদবা লৈতে। অসীগুমত্থুনা তাইবংপানগী মপু ওইরিবা মহাকস্থু মাঙোন্দা ঙমজবা খরদং কচ্চবা অত্থদা হুণ্ডাইবা পোকফম থোকই। জীব অমা পেলহনবনা

পরমাত্মাগী অংশ অমা পেলহনবা ওইনা লৌবা য়ারবদি জীবাত্মা অত্তুপকী মতীক য়াম্না পেলহনবা ঙমলগা পরমাত্মা পেলহনবগী শরুক অত্তুপ য়ামখৎলকই হায়বা য়াই। অত্তুনদি পীজ-পীথক, দান কর্ম্ম তৌত্তুনা জীববু পেন্ননবা তৌবা হায়বা ধর্ম্ম অসীসু ঈশ্বর ফংননবগী লম্বী অচৌবা অমনি হায়বা য়াই। অত্তুম্নদি ওইরগা পীজনীঙাই লৈতনা পীজবা য়াদবা পীথকনীঙাই লৈতনা পীথকপা য়াদবনিনা মসি তৌবা ঙমদ্রবদি পরমাত্মা ফংবা ঙমদবা তারব্রা ? মরম অসীদগী ধর্ম্মগী লমজিংবিবা শ্রীকৃষ্ণ, যীশু খ্রীষ্ট, বুদ্ধদেব অসিন-চিংবা মহাপুরুষ শিংনা তোঙান তোঙানবা লম্বী তাকপি। করম্বা লম্বীনা মহাক অত্তুগী খুদোং চাগদগে য়েংনবতনি। মখোয় অসি পরমাত্মাগী অংশ চাউনা ফংলবা মহাপুরুষ ঙাক্তনি। অমরোমদা মখোয় অসীদি ঈশ্বর মহাক্কী শায়ওননি হায়নসু খঙনৈ। মাসীগী মরিদা পৃথিবীগী জীব পুম্নমক্না য়ানরবা গীতা শাস্ত্রনা "যদা যদা .. যুগে যুগে।" হায়বা শ্লোক অসীনা পুনত্তুনা থনম্লে। মতাং অসীদা ঐখোয়না হায়নিঙিঙ মীওইবনা পোৎশক অমতবু পুল্লপ উবা ফংদবদগী মানা মানা য়েংলকপা মীৎয়েংফমদগী উবা শরুক অত্তুতবু পোৎকী পোৎশক ওইনা তাকই। অওইবমক্তি পুম্নমক অসীনা পুনশিল্লগা পরমাত্মা ওইরিবনি। জ্ঞান মপূং ফাদবদগী ইবুঙো মহাকপু শকওই তোঙান-তোঙান্না উরুবতনি।

হুজিক্তি করম হায়না তৌরগা পরমাত্মা ঈশ্বর অত্তুবু ফংজত্তুনা শান্তি খুবম ফংগদগে হায়বা রাফম লাক্লে। মাবু ফংননবা লম্বীদী লম্ফাঙিঙ। জ্ঞানী ওইবনা অচুম্বা লম্বী খঙবনা থুনা ঈশ্বর মাবু ফংজে। মূর্খ ওইবশিংনা লম্বী লম্মুকনত্তুনা মারোন কয়া কয়া

চংনা শান্তি খুবম তাল্লি। করম্বনা অচুম্বা লম্বীনো হায়বা অত্থদি মানা মানা পাম্বা, মতম মতম খুদিংদা, যুগ যুগ খুদিংদা অবতার তৌগ্রিবা মখোয় অত্থনা তাকপা লম্বী মতুং ইনবা তাই। অপাম্বা লম্বী থোক্ত্রবদি অর্জ্জুনমক্না শ্রীকৃষ্ণদা ইলায় লায়না "ন কাঙ্খে বিজয়ং কৃষ্ণ নচরাজ্যং সুখানি চ" হায়না হায়খি। অত্থমকপু শ্রীকৃষ্ণমকস্থ অর্জ্জুনদা ঙাঙবা মখে ঙাঙ, তাকপা মখে তাকলগা মমৈথংদা "সর্ব্ব ধর্ম্মান, পরিত্যজ··· · মা শুচঃ" হায়ত্থনা হায়। পঙলবা ঐখোয়না মসীদস্থ হায়নীঙিঙ শ্রীকৃষ্ণনা রা ময়াম অত্থ ইঙাঙ ঙাঙদদুনা অহানবদা "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ········" হায়না অর্জ্জুনদা তাকপিবদি য়াদবরা? মাসীদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমবদি শান্তী খুবম তানবা অসী অস্থপকী মতিক লম্বী য়াম্মি। মাত্থ পুম্নমক অত্থগী লৌনিংবা অমা খন্দুনা লৌরগা পরমাত্মা ফংবা য়াই হায়না তাকপিবত্তনি।

পুম্নমক অসী হোৎনরগা "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ·········" হায়বসীস্থ তৌদবা য়াবা নত্তে হায়না হায়নিঙিঙ। লম্বী পুম্নমক্না শোয়রবা অমস্থং মত্থবু ইনবা ঙমত্রবদা "মামেকং শরণং ব্রজ" হায়রকপনি অস্থম্না অর্থ তৌনিংই। মসীনা পুক্নিংগী হুঙাইবা অমা ওইত্থনা লম্বী খরদং চুমশিনবা ঙম্মি। অস্থম তৌরত্থনা কর্ম্মনা, জ্ঞাননা, যাগ যজ্ঞনা, ধ্যান অসিনচিংবা মার্গ (লম্বী) ময়াম অসিগী মতুং ইন্দুনা পরমাত্মাবু ফংনৈ। মাগী লম্বী লম্ফাঙিঙ অখঙবনা শম্না চৎলি, খঙদবনা লম্মুকনত্থনা অরাবা খোঙলোইনৈ।

পরমাত্মা মহাক অত্থদি মশক করম তৌই, মওং করিনো, মচু করম তৌই হায়বসি কয়া কয়ানা হংলবস্থ কনানা হায়বা ঙমদে।

অতু ওইরবদি মশক মওং অমস্তুং মচু খণ্ডবদু করম্না থিগদগে ? পোৎশক অতু খণ্ডনা পোৎ অতু করম্না থিগনি।

কনা অমনা হায়রি নীংথিজরবা সংসার অসিবু শেম্বা ইবুঙো মহাক অতুদি শোয়দনা মওং মতৌ লৈগনি—লৈতবা য়াত্রা ? হোয়, ঐখোয়স্তু য়ানিঙিঙ তৌইগুম্বস্তুং করম তৌই হায়রবদি খঙবা ঙমদে। মাবু ফংলবা আত্মা অতুতনা মাগী মওং মশক খঙগনি। ইবুঙো মাঙোম্দা তিপ্রিবা জীবনা মাগী মওং মতৌ তাকপা ঙমদে।

---

# সংস্কৃত লাইরিক তম্বগী মরমদা খরদং

হৌজিক্কী মতম অসীদা সংস্কৃত লাইরিক তম্বা অসী খর কোমথোক্লবগুম তৌরে। তমদ্রবদি নৈনবগী শরুকস্তু ল্লাৎপা ময়েক্লি। করিগী দমক্তা সংস্কৃত লাইরিক তম্বা অসি থাদোক্লরক্ক-পনো থিজিল্লুরবদি সংস্কৃত হায়বা অসী অশিবা লোলনি হায়বা তাবদা কয়া হুণ্ডাইতবা পাওখুম অমা থোরকই। মসীবু পুমল্লাল লাল্লে হায়বদি নত্তে। পাওখুম অতুগী মশাদা য়াদবা য়াদ্রবা শরুকস্তু য়াওরি। সংস্কৃত লোল অসী অয়াম্বা মফমদা অয়ুক হুমিদাংগী লোন্নবা লোনদি ওইদে। অসী ফাওবদি য়াদবা য়াদে। মাসীদগী হেক্তিন্না সংস্কৃত লোনবু হুন্দুনা পঙঙাঙ ঙাঙবস্তু চুমদে। লোন্নদবা লোল ওইবনা লোল ওইহল্লিবা সাহিত্যবু অশিবনি হেক হায়বস্তু পাক য়াফম থোক্তে। অস্তুন্না সংস্কৃতপু তাথি তাওইনা হায়বা ভারতগী জাতি অতু কৈ মচা চাওনবা য়োকপগুম্বনি। লোল অসীবু কনানস্তু হুলান্না ঙাঙলুবদা লেমজফম লৈতে। খ্বাইগী ল্লা তোঙান্না থম্লগা মণিপুরগী মৈতৈ জাৎকী দমক্তা সংস্কৃত তম্বা নৈনবদগী থোইদোক হেন্দোকনা কান্নগদবা মতাংনি। মৈতৈনা মীগী মতৌ তম্বা, মীগী মতুং ইনবদা হাকমনখিবনা চনীং ল্লাৎহৌই।

সংস্কৃত লাইরোন্নি। অতুনা অয়াম্বনা মাসী নৈনবা ল্লাৎলি। হৈনবা রাৎলি হায়তুনা সাহিত্যগী মচাক পীরিবা লোল অমবু 'শিরে' হায়বা হেক য়াদে। কান্নদে পল্লুবস্তু হৌনদে। হায়রুবদা অরানবা লঙজবা থোকই। খন্দুনা য়েংলগা মরম অসী লাইনা খঙিঙ। হৈনবা ল্লাৎপগী মরম করিনো? মাসী অয়ুক হুমিদাংগী শিজিন্নবদা

খুৎলোয়দে। খুৎলোয়বদি লোয়া খুৎলোয়হনদবা নত্তে, মাবু শিজিন্নগদবা মী মথোয়না থোকহনবনি। অদুনা সংস্কৃতনা অশিবা লোল ওইরকপদি লোয়া নত্তে মাবু শিজিন্নগদবা মীনা হাৎপনি। থায়না মমাংঙৈ বেদগী মতমদা ভারতকী মফম অপুম্বদা সংস্কৃত লোনবু নম্বিনবা অতৈ অমা লৈরমদে। মসীবু য়াদবা ঙমদে। প্রমাণ পীনবা রাত্তে। হুজিক ফাওবা খা থংবা ভারতকী মফম খরদদি সংস্কৃতনা অয়ুক হুমিদাংগী লোল ওইনা চৎনবসু য়াওরি। মতম কুইরগা কাওথোকপা অমসুং থওইদবদি হৌনবা খঙদবা ওইনা লৌনৈ। প্রমাণ ওইনা খল্লবদা কনাগুম্বা নংলবা নীপা অমদা কনাগুম্বা অমনা থৌজানগী মশক ওইনা হৌদোক্লবা শেল্লেপ খরদং পীখিবা থংবিখিবদগী মরাইবক ফবনা নোমজবা শুন্নমক মহৈ চাহুনা মনাই মশন্না লৈরিক লৈরাক থল্লকপা, সনা লুপাগী পাত্রদা চান থক্লবা, মোন্দুম মোন্তেক্না য়াওন্নরবদা মাবু হৌদোকহল্লকপা পিক্লবা শেম্বং পীখিবা নীপা অদুবু কাউবা হৌনদবা অদুগুম্না সংস্কৃত লোনবুসু কাউনফম থোক্তে।

সাহিত্যগী মরমদা য়েংনবদা সংস্কৃত লোলগী সাহিত্যাদি মপান নাইদবনি। থিক্লবদা মাঙোন্দা লৈরমদবা লৈতে। পুন্নমক্কী হৌরকফমনি। এরোপ্লেন শাবগী মরম ইবা লাইরিক ফাওবা হন্দক্তা ফংনদ্রি। মাসীনা থোকপদি সংস্কৃত লাইরিক পুকৈ অসী কয়া চাউরম্বগে হায়বা প্রমাণ ওইনা লৈরি। লাইরিক্কী মরমদা য়েংলুরবদি হিন্দি লোলনচিংবা অসীগী লাইরিক্তি চাং য়াম্না হন্বনা লৈরি। লোন্নবা লোল ওইরুবদগী হিন্দিবু রাষ্ট্রভাষা ওইখিবদনি। সংস্কৃত সাহিত্যদা লৈবা মচাক্তি হিন্দি সাহিত্যনা চহি কয়া চঙনা

তানবদসু ফংবা য়ানা থোকখিগনি। চৎনবা লোয়া অমনি, সাহিত্যনা অতোপ্পনি। মমল য়াম্মবা পোৎ অমবু শিজিন্নদবদগী মাঙবগুম সংস্কৃততা লৈরি। সংস্কৃত সাহিত্য অসীদি ভারতকী লোল পুম্নমক্কী তাংজফম্নি। সংস্কৃত য়ারী য়াহৈনা ফিবম ওইরগা লোল কয়ামুক শেমগৎপা উরি। হুজিক্কী রাষ্ট্রভাষা ওইরিবা হিন্দি অসীমক সংস্কৃতকী মপান য়াম্না তাংলিবনি। বাঙ্গলা লোল হায়রুরবসু অহুমগাম। মাবু লোনবা মী মশীং য়ামদ্রবসু বাঙ্গলা হায়বা লোল অসী লোল কয়াগী সাহিত্যগী মন্নুংদা শীংথানবা য়ারবা অমনি।

সাহিত্যগী মন্নুংদা ইংরেজীমুক চাওখৎপা লোল অতৈ অমা লৈতে হায়না হুজিক্কী মতমদা হায়নরি। বাঙ্গলা সাহিত্য হায়বা অসীসু ইংরাজীমুক য়োৎত্রবসু খরমথৈদি লৈজরবা লোল অমনি। বাঙ্গলা সাহিত্যনা চাউখৎপা ওম্বা সস্কৃতগী মতেংননি। বাঙ্গলা ফজবা হায়নরকপদা মুর্শিদাবাদকী বাঙ্গলা হায়নরি। হায়রিবা মুর্শিদাবাদ বাঙ্গলা অসীমক সংস্কৃতকী শব্দ, মুল, ক্রিয়া অসিনচিংবা য়াহৈ তরাগী মন্নুংদা তথ্যায় অমদি শোয়দনা য়াওরি। অসুম তৌরহুনা উরিয়া, মৈথিলী, গুজরাটী অসিনচিংবা লোল কয়ামুকসু সংস্কৃতকী মতেং লৌদবা ওমদে। মণিপুরগী মমাংঙৈগী সভ্যতা থিরুবদা সংস্কৃত বাঙ্গলা অসিগা য়াম্না নকুবা মরী লৈনৈ। হুজিকসু মনিপুরগী সভ্য সমাজগী ফজবা লোল থিরকপদা মরুদা সংস্কৃত লৈতবা য়ারক্তে। মরম খরা অসীনা তাকপদি লোল অমা শেমগে হায়রবদি মরু ওইবা লোন্দগী লৌদবা য়াদে।

বৈদিক মুগপু কনানা হন্দুনা য়েংবা ওম্বগে। মী পুম্নমক্কা

বৈদিক সভ্যতাবু অশেংবা সভ্যতানি হায়না য়েৎপা লৈতনা য়ানরি। অসীগুম্বা সভ্য জাৎ অমনা শিজিন্নরম্বা লোল, চলন, ব্যবহার পূন্নমক অতুবু লৌত্রবদি করম্না সভ্য জগৎ অসীদা শীংথানবা য়াওবা য়াগদগে। মাসীবু মুম্না খঙলবা লাইরিক হৈবদা ঐ মঙাইরে হায়বগী মতাগুম লাইরিক ইখ্রবা বঙ্কিমচন্দ্রগুম্বা নীপা-মক্না সংস্কৃত লোনবু কয়া নিংথিনা শি জন্নতুনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী মচাক পীরম্মিবা। অসীগুম্না লৈরিবা সাহিত্যগী জগৎ অসীদা য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা অন্নাৎপনা থল্লবা লায়রবা মৈতৈ সাহিত্যবু চাওখৎহনগে নীংলবদা মীগী মরোল পুরুদনা ওইবা য়াবা থোক্কে। অতুনা লৌবা তারবদা সংস্কৃত লোন্দগী লৌরুবা নত্তনা অতৈ লোন্নসু মপুং ফাহনবা ঙমদে। অহল লমন্না হাযনবা লৈ "হুতুনা হুরবদি লৈমা হু।" অওইবমক মরক মন্নাদা তাংজগদবগী শরুক্তি সংস্কৃতকী মতেং লৌবনা অচুম্বা ফজবা ওইগনি। হুজিকমক ঐখোয়না ঙাঙ-লিবা লোল ইরিবা লাইরিক অসীসু সংস্কৃতকী মতেং য়াওদনা ন্নারেং অমগী মপুং ফাহনবা ঙমদে। মী পূন্নমক্না, জাতী পুন্নমক্না মাগী মাগী হৌরকফম তান্নরকপা মতমদা বৈদিক যুগকী আর্য্য জাৎনি হায়রগা লেন্নফম ওইরি। অতু ওইরবদি অতুপ মিহৌনফম ওইরবা জাতিনা লোল্লম্বা লোল, চৎনরম্বা সাহিত্য লৈরোইদবগী ন্নাফম করিনো, পাম্মোইদবগী মরম করি লৈরি? চেৎকশিল্লক্লবা মতমদা অশিবা লোলবু কৌতুনা শিজিন্নে। প্রমাণ অমত্তং ওইনা হায়রবদা খ্বাইনা তোয়না থেংনরবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী প্রথম অধিবেশন মাগী মৈতৈরোন্নী। হায়রিবা ন্নাহৈ তরুক অসীগী মম্লুংদা মৈতৈরোল কয়া য়াওরিবগে? মাসীগুম্বা ন্নাহৈ পরেং অসী

খওনদবদি নস্তে অতুবু মুম্না খল্লুরবদি অন্নায়বনা মপুং পুরকনি। অসীমকস্তু খরা হাকমল্লি। রাহৈ পরেং অসীদা মৈতৈয়োনগী মমি তাবা নত্তনা মশক্তি য়াওদ্রে। কনাগুম্বা অমনা মসীবু মঙ্গিং নাবগুম হংল্লুরবদি থুনা খুম্নকনি মীগী মরোল য়াওদনা ঈরোল চাওখৎপা য়াবা নত্তে; ইংরেজী, বাঙ্গলী, হিন্দি, উর্দ্দু, পারসী, আসামী—হায়গে হায়বা লোল অমা হায়গ্ন মাসীদা নত্তনা পৃথিবীগী মনুংদা লোল্লিবা লোল পুম্নমক লোল অমগী মতেং লৌদবা লৈতে। লোল কয়া কয়াগী মতেং লৌদনা লোল অমগী সাহিত্য চাওখৎপা ঙমদে। চাওখৎলবা ইংরেজী লোল অসীসু থিজিল্লুরবদি লাটিন, গ্রীক, রোমান, ফ্রেন্সনচিংবা লোল কয়ামুক্কী রাহৈ য়াওর। মাসী চুমদে হায়বা য়াদ্রবনি। অতুম্নদি ওইরবদা য়াম্না থুনা খুক্ষম অমা হেক লাকই খওদ্রবদি কদাইদগী লোল. রাহৈ লৌরুগদগে। সংস্কৃত তমদে, পাদে হৈতে কদাইদগী রাহৈ লৌরুতুনা মৈতৈরোনবু লৈশি লৈথোন্দুনা মথেল ফাহনবা ঙমগদগে? হান্না লৌতুনা শিজিন্নরম্বা খরা অতু হন্না হন্না শিজিন্নবা নত্তনা উপাই লৈতে। নত্রগদি চহি চানিপাল চামাপল লোমগী মমাঙদা চৎনরম্বা হায়নিঙাই লৈতনা লিরবা রাহৈশিং অতুনা সাহিত্যগী মচাক ওইতুনা লোলগী লৈতেং ওইবা তারিবরা? অসীমক ওইবা তারগদি ঐখোয়দি মাংঙোইননা চৎশিনবগী রাদি থম্নতুনা নীঙহল্লবা তারককদৌরি। পেনা চৈজিং পায়রিবা ইচিল ইনাও খিবিকপু সাহিত্যগী লম্বীদা পুশিন্দুনা ঐখোয়বু প্রিমিটিভ ষ্টেজগী মুঙাইবদা তাউহনবা তারি। হু জক ঐখোয়না তোয়না উন তানরি মেলৈ লৈম্না মুংজুমপান কদাম্বদি লৈম্নুংশি……কল্লকই। কনানা মাসীগী চপ চাবা অর্থ

পীছুন্না মাসীনা অয়োইবা ভাবনি হায়ছুনা মী কয়াগী মপুক পেল-হনবা গুম্বগে ? মঙাগী য়াঙাং তারে, ভয়াগী য়াখল তৌয়ে, অরাণী ভাককী ওমবা অতোপ্পা অমনা পুরি। অসীগুম্বা য়াহৈ পরেং কয়ানা সাহিত্যগী মচাক ওইরবা য়াবগে ? ইরিবা নীপা মহাক্না ভাব তাক্নবা গুনত্রবা য়াফমবু সাহিত্যগী মমুংদা থেংচিনবদি মমল য়াম্লবা মতম মাঙহনবনি। অরিবা লোল নৈনবদি ফিলোলোজিষ্টকী মথৌনী। য়াহৈগী মচম্না সাহিত্য ওইবা য়াদে। অছুনা অচৌবা ইংরেজী লাইরিক ইবা কাঙবুনা হায় "সাহিত্যগী মরু ওইবা মচল অহান-বদা ভাব, অনিশুবদা য়াহৈ পরেংগী মচল অহুমশুবদা য়াহৈ অসিনি। অছুনা সভ্য সমাজদা চৎনদবা লোই লমগী য়াহৈতনা সাহিত্যগী লৈতেং ওইছুনা চৎনবী লোল ওইহনগনি হায়বা য়াফম অমদি মাংওইননা চৎলিবা সভ্য জগৎ অসীগী মী থরনদি য়াম্না ওম্লনা লৌবা উই।

সমাজ অমা জাতি অমা চাওখৎহনবগী মরুদি ধর্ম্মনি। ধর্ম্মনা য়ুক্ষম ওইরগা মাতুগী মথক্তা সভ্য জাতিনা সমাজ শেম্মি। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী য়াখল থাদোক্তুনা অমত্তা ওইবা লীচিংদা লৈবা গুম্লবা মহাক অতুগুম্বা মীদি তাইবংপান অসিদা খুৎ থেক্তুনা থাবদা য়ারোই। মখোয় অতুগুম্বগী মপোক অতু মী কয়াদা ওইবা য়াগদগে ? বুদ্ধদেব, জৈন, যীশুখ্রীষ্ট, নানক, গৌরচন্দ্র অসীনচিংবা ধর্ম্মপুথোক-পা ধর্ম্ম শন্দোকপা মখোয় পুম্নমক অসী মখোয়গী পুন্সি অমসুং থবক্তা ভাক্লি। ধর্ম্ম য়াওদনা সমাজ জগৎ লৈবা য়াদে। মাতুবু ঙাক্ল-নবা হোৎনবনা হিংছুনা পাম্নবগী লানফম ওইরিবনি। সমাজ অমা লৈরবদি মাগী ধর্ম্ম লৈতবা য়াদে। হিন্দু ধর্ম্মগী মরুদি বৈদিক

যুগতগী হৌরকই। সংস্কৃত লাইরিক্না মাতুদগী চুপ্পী ওইরি। ধর্ম্মনা পুক্নিং শেংহল্লি। পুক্নিং শেংলগা অরান খুবম ( মুক্তি ) থুনা ফংই। ঋগ, সাম, যজু অথর্বব বেদ' পুরাণ তরানিপান, সাহিত্য উপনিষদ পুম্নমক অসীনা হিন্দু ধর্ম্মবু য়োমত্নুনা লৈরি। অতুনদি হিন্দু অমা ওইনা ধর্ম্ম ঙাকপা তারবদি সংস্কৃত নৈনদবা য়াদে। অমুকস্মু মহাভারত অমসুং রামায়ণনা ঐখোয়দা করি তাক্লি? লাইগুরুশিংনা, পুকচেল চাউরবা মীরৈবাক্কী মেক্সমুল্লার, থিবো এনিবেসান্ট-গুম্বা মী কয়া কয়ানা সংস্কৃত লাইরিকপু থাগৎপগী লোইবা নাইদে। অসুম্না হায় মহাভারত হায়বা অসীদি ফিদমগী সাইক্লোপেডিয়ানি। জগৎকী লাইরিক ওইরবা গীতা শাস্ত্রবু কনানা মুক্নরুবা ঙম্বগে? মহাত্মাজি মক্না গীতাগী শিক্ষা লৌতুনা সংসারগী কর্ম্ম ক্ষেত্রদা অমর ওইরি। মতাং অসিদা মত খরা অমগী মতুং ইন্না য়াম্না লায়না খুম্নিংই। সংস্কৃত লাইরিক পুম্নমক অসীগী রা মচং পুম্নমক য়াওবা লাইরিক পারগা অন্ধা ওইবা মহৈ ফংগনি। অমুক হেন্না লায়বা রাহৈনা কনা অমনা খুম্মি। মসিদা শকখঙববুদি হাকথেংননা খঙনবনা অথোইবনি। মাগী তাক্লনিঙাই লৈত্রবা রাফম্নি। সংস্কৃত নাটক্কী ফজবা অতু হুজিক লাকইবা কাব্যরসনা তানবা য়াম্না কুইনা চংখিগনি। মহাকবি কালিদাসকী মেঘদূত কুমারসম্ভব, শকুন্তলা অসিনচিংবদা লৈবা কাব্যরস রাহৈ-রাতা, প্রমাণ পাম্থৈ পুম্নমক লোল অমদগী সাহিত্যনা তানবা ওখাক রানা থোক্লি। সংস্কৃত নাটক পুম্নমক থাদোক্তুনা কালিদাসকী শকুন্তলাদংদা পারবস্মু নাট্য জগৎতা সংস্কৃতকী মফম কয়া রাংনা লৈবগে হায়বা চাউরাক্না খঙবা য়াই। হায়রিবা শকুন্তলা নাটক অসীবু হুজিক্কী অমসুং

থায়নগী পণ্ডিতশিংনা "কালিদাসস্য সর্ব্বস্বম্ অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" হায়নরি। অস্সুম হৌরত্না কালিদাসকী ভবভূতিগী, মাঘ পণ্ডিতকী লাইরিক নৈনরবা মী কাওবুমক্না হায় কাব্যগী মরক্তগী নাটকনি, নাটক মরক্তগী অভিজ্ঞান শকুন্তলানি, শকুন্তলা নাটক মনুংদগীসু মরিগুবা তাম্বক্তা শকুন্তলানা কন্ব মুনিগী আশ্রম থাদোক্তুনা দুষ্যন্ত মহারাজগী শঙ্গায় কোন্নুং তানা চৎপা মতমদা কন্ব মুনিনা শকুন্তলাদা তাকথিবা শ্লোক মরি অত্নুা অথোইবনি। অসিগুম্বা নাটক অসিমক মৈতৈরোল্দা অনুবাদ তৌবা উরে। য়ারী খঙহনবদনি। সাহিত্যগী নিংথিবা অতুদি য়োবা য়াদে। অসিগুম্বা লোলগী সাহিত্যশিংগী মতেং লৌদনা পেনা চৈজিংগী মতেং লৌত্নুা লাপথ্রবা ইরাংমগী পাম্বৈ লামত্নুা ঐগী জাৎকী সভ্যতা প্রমাণ তৌগনি, সাহিত্য শেমগনি হায়বা ঙকতবা য়াবা য়াফম নত্তে পাউতাক্না থল্লবা হিতোপদেশ রাজনীতি হৌনবী ব্যবহার ইবা লাইরিক্কী মনুংদা শীংথানরবা মনুসংহিতা পাউরৌন থল্লবা চাণক্য শ্লোক পুন্নমক অসী হন্না অমুক্তং য়েংবিরবা কনাগুম্বনা মৈতৈ সাহিত্যগী মচাক অসী সংস্কৃত লাইরিক্তগী মরাং কায়না ফংগনি হায়দনিঙাই লৈরোই। অত্নুবু খঙদ্রবদি. মহাউ খঙদ্রিবা পোৎকী মগুণ খঙদবগুম হুন্দোক্তুনা থম্নবা সংস্কৃত সাহিত্যগী নিংথিবা কান্নবা অসী কনা অমতনা লৌখৎপীররোইদ্রা হায়বা য়াফম অসিমা পাঙদ্রবা কাঙলুপ অমদগী তোয়না তোয়না লাকই। থাঙ্গৈশেংবদি মণিপুরগী সভ্যতাগী প্রমাণদি সংস্কৃতনা পীরিবনি, পীরগদৌবনি। অসীগুম্বা লোনগী সাহিত্যবু থৌশা য়াশাবিদবা উবদা পরস্বার্থ য়েংলবা মী খরনা য়ারৌবা খোল্লাউ লাউবা তায়। শিজিন্নদ্রবা লোল মতমগী

মঙ্গুৎ হৈরা মাঙখিগনি। লোনবু নৈনরিবা জাৎ, মী য়েংনিংদবা য়াই। কর্ম্মন্থু নিন্দা তৌবা য়াই। অতুমদি ওইরগা মাগী ফজবদি লেত্তদথনি। ফজবা, নীংথিবা খ্বাইগীনি।

---

# বৃন্দাদেবী

লাইরিক্না হায়ং—বৃন্দাদেবী হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী সহায়-কারীনি, সতীনি, দূতীনি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ঙাক্তনি। দ্বাপর যুগ লোইশিল্লক্লত্তুনা কলি যুগ চংলমদাইদা শ্রীকৃষ্ণনা কলিযুগকী মীশিংবু যুগকী প্রভাব অত্তুদগী অরান খুবম ফংননবগীদমক লম্বী খরদং ফাৎপিগে নিংবিখি। বৃন্দাদেবীগী সতী পরীক্ষা অসিনা "হরের্নাম, হরের্নাম হরের্নাম নামৈব কেবলম্, কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরনথা" 'কলিদদি হরিনামনা অথোইবনি। হরিনাম নত্তনা অতৈ গতি লৈতে" হায়বা অসিগী মতেং পাংলগনি।

বৃন্দাদেবীগী মপুরোইবদি শঙ্খচূড় কৌই। মহাক্না মপু-রোইববু নীংবসি পান্দমনিঙাই লৈতবনি। অত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা কলিযুগতা তমজনিঙাই ওইননবা অমদি ভক্তি লম্বীদা লম্ফাংদনবা বৃন্দাগী সতী পরীক্ষা তৌখি। নোংমগী ন্নুমিত্তা বৃন্দাদেবীনা চাক থোংলিঙৈ অত্তুগা মপুরোইবা শঙ্খচূড়না ইরুজবা চৎখিঙৈ চায়রক অত্তুদা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্খচূড় শারত্তুনা মায়া তৌত্তুনা মহাকী চাং য়েংবা লাকপনি। অত্তুদা বৃন্দাদেবীনা 'তৌবিগন্নু ইবুঙো মায়াদো, ননাই বৃন্দা নত্তবা অতৈদা তৌবিরু' অস্তুম হায়না শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৈচে। শ্রীকৃষ্ণনা ওইদা ওইবা শারত্তুনা হায় 'ন্নুপী ওইনা পোকল্গা মন্না মপুরোইবু পীজ পীথক তৌনিংদ্রবদি নখোইমুক তোনবসি লৈত্রবনি খংঙু'। বৃন্দানা খুম্মী 'তৌবিগন্নু ইবুঙো ইবুঙোগী কৃপাদগী ননাইনা খঙদবা লৈজদে'। অস্তুমনা মপু-মনাই ন্নাহৈ মঙা-তরা কারন তৌনৈ। বৃন্দাস্নু শ্রীকৃষ্ণদা কল্লপ য়াকলপ্পা ন্নাহৈ খরনা থৌগল

তৌজখি। মমৈখঙদা শ্রীকৃষ্ণনা খনথেংলা শাওবা শাহুনা 'অহুদি শঙ্খচূড় হায়বা নংগী নপুরোইবা ঐহাক অসি চাক পীজদ্রবনিনা চৎখ্রগে, অহুগা জগৎনদি খাফম অসী খংহৌরসনু' হায়রগা চৎকে হেক তৌবা মতাং অসিদা বৃন্দানা জগৎতা মুপীগী মিংচৎ থীহৌবা তারে হায়হুনা প্রেমগা কোন্নরবা অশাউবনা মায়া তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণদা শাপ থৌগল তৌখ্রে :— 'বৃন্দা ঐমক্তনা সতী অশেংবা ওইরবা অহুগা ইমাঙদা লেংশিল্লিবা অসিনা মায়া তৌবা ঐগী ইপুরোইবা শাবা ওইরবদি লেপ্পমক শুং ওইয়ুকো'। সতীগী বাক্যনি, লেঙবা য়াদে শ্রীকৃষ্ণনা শুং ওইবা তাখ্রে। মাহু থোক্লবা শিল্লিবা শ্রীকৃষ্ণনা মনাইগী শাপতা পেল্লহুনা য়াথং তৌবিরকই। "বৃন্দা নগুণ য়েংবনি, ঐ পেল্লে—ঐ লেপ্পমক্ শুং ওইরগনি। নংনা ঐবু শাপ তৌরবমিনা নংবুসু ঐনা শাপ অমা তৌরগে '— নংসু 'উ' ওইয়ু অহুগা নঙগী নপুরোইবা শঙ্খচূড় হাযবা অসিসু শঙ্খ মোইবুং শন্নানা মপান থংবা জীবহু ওইরসনু। অসুম্না শুং মরক্তগী অথোইবা শালগ্রাম চক্র হায়বা শুং অহু কৃষ্ণনা ওইখ্রে, বৃন্দাদেবীনা তুলসী পাম্বী বৃন্দাবৃক্ষ ওইখরে। শঙ্খচূড়না শঙ্খ—জলশঙ্খ ওইখরে। অসী পুন্নমক অসি ওইবা তারবদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি "হে বৃন্দে, ঐখোয় অহুম অসী পুল্লগা হয়েং কলি হায়বা যুগ অহুদা জীবগী উপকার অমা তৌরমসি। নপুরোইবনা শুনবা জলশঙ্খদা গঙ্গাজল হাপ্লগা বৃন্দা নহাকী মনা অমতং থাদরগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা বিষ্ণু মন্ত্র শোন্দুনা কচ্চরবা অহুগুম্বা ঈশিং অহুগী মরিক অমতং ফংজরবা পুকচেল য়ুংলবা কলিগী তক্কুশিংগী পাপ কোটি কোটি কোকচবা ওইসনু।" বৃন্দানা খুমখি "ইবুঙো নংগী খুজিল তাক্তন হজিক্তি

করি থোক্লবগেদো ।" অস্থুম হাযনা মপু মনাই রাহৈ অনি মরিনা রা তেনশিন্নত্থনা দ্বাপরগী লীলা লোইরগা কলিযুগতা শাপ মুক্তি পুন্নমক অসি ওইনখি ।

---

# "সমাজ"

মীওইবগী পুন্সিদা ইন্দ্রিবু পেন্ননবা হোংনবা হায়বা অসী থাদোকপা য়াদ্রবা অমনি। পেনবগী চাং অদু হেনবা ৱাংপগী মতুং ইন্না থবক্কী মহৈ অদুস্থু অফবা ফত্তবা মশানা অদুম মরাকই। ইন্দ্রিনা পেল্লগা হকচাং অসী চোকথৈ, ইহৈ হৈনিংদে ; হেন্দা হেন-জিল্লগা ৱাস্থদুনা অশিবগা পাংখক ওই। ৱাস্থবমক য়ৌদ্রবস্থু চাংতা খেন্নবা ৱাস্থবগী লম্বীদা নৈবা থাক অমদা মতম খরদং নৈবদি শোয়দে। ঐখোয়না চাক লাম্মি চ'ক পুক থন্ন: হেক চায়, চাক চারবা মতুংদা হকচাং অসীদা ইতে তেবা অমা হেক পোকই। চাক চাদ্রিবৈদা তৌগে হায়না নীংলম্বা থবক অদু চাক চাবা হেক লোইবদা হয়েং মতৌরগে হায়বা ৱাখন অমা হেক পোকহল্লি। য়েংনিঙঙি, য়েঙিঙ, য়েংলগা মিত্তা অপেনবা অমা পোকই। পেম্না য়েংলবা মতুংদা মৎ অদুনা পোৎ অদু অমুক য়েংনিংবা পোক্তে্র। অদুগুমদুনা তানীংবা তারগা, পায়নীংবা পায়রগা, চৎনিংবা চৎলুরগা মাবু মাবু কোল্লিবা ইন্দ্রিশিং অদুগী অপেনবা অমমম হেক হেক পোকই। অপেনবা হায়বগী অর্থদি ইন্দ্রি অদুগী ময়াই হস্থরে হায়বনি। অশম্বা ৱাহৈদা ইন্দ্রি মপাঙ্গল শোন্থে হায়বগা অম্মানি। ইন্দ্রিগী মপাঙ্গল হস্থরবদি হকচাং অসী ইলে লেথৈ, হৈঙম শিঙ-ঙমদে। থবক্তা হৈনিংদে। অরুবা ৱাখন পুবা ঙমদে। করিগী-দমক ঐখে য়না অসীগুম্বা মওং অসী ওইরিবনো হায়বা অসী খরা কুপ্পা থিরবদি থোইনা লুবা মরম অমা নত্তে।

মীওইবগী হকচাং কায়াৎকী মফম পুন্নমক্তা ঈনা শীনবা থুংনা

লৈ। ঈ অতুবু পুরিবদি শিংলিনি। শিংলিশিং অসীগী থবক্তি ঈ পুথোক পুশিন তৌবা অসীনি। শিংলি অসীনা অতুপকী মতিক মপাঙ্গল লৈরগা মীগী মশা কল্লি। শিংলিনা থবক তৌদ্রবদি মীগী মপাঙ্গল শোল্লে হায়বা তাকপনি। শিংলিশিং অসিনা ইন্দ্রিগী মপাঙ্গল পীরি। ইন্দ্রি মপাঙ্গল হৃস্থরবদি মাবু পুরিবা শিংলিশিং অতু থবক কন্না তৌদ্রে হায়না খঙনরি। অসীগুম্বা শিংলি মপাঙ্গল হাংপা অসীদি পুক্লিংগী অপাম্বদগী পোকপা ইন্দ্রিগী খৌরাংবদগী থোকই। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি হরাউ কুম্মৈ হায়বসিনা ইন্দ্রিবু পেন্ননবা মরম অমা ওইবদগী মাসি শিংলিগী মপাঙ্গল হাংননব মচাক অমা ওই হায়বসি লানফম থোক্কে। পুক্লিং গুমহৎপা হায়বগী অর্থদি শিংলি পংথহনবা অমদি শিংলিগী মপাঙ্গল, ময়াই হাংপা হারবনি। কনাগুম্বা অমনা রাখন অস্নুম অস্নুম তৌবদগী রাখন অতুনা লাম্বা ফংদবা মতাং থোকপদা ঙাইহাক জ্ঞান মাঙবা নত্রগা খল্লুরিবা রাফম অতুগী ফল অতু ফংবা ঙমদনা হান্নগী ফিবমদ হনজিনবা অসীনি। মাসিগী মরম করিনো? শিংলিগী মথৌ অতু পাঙথোকপা ঙমদবনি। করিগীদমক পাঙথোকপা ঙমদবগে হায়রবদি শিংলিগী মচাক ওইরিবা ঈগী মপাঙ্গল রাংপনি হায়না থুম্বনা অশম্বনি। ঈ মতীক চাদ্রবদি শিংলি মথৌ তৌদে। অতুনা কনাগুম্বা নীপা হুপী অমনা কপ্পা রাম্থবনচিংবা তৌরক্লবদি ঐখোয়না খঙিঙ মহাক অতু রাখন অতু পুবা ঙমদ্রবনি। শন্না হায়রবদা মাগী শিংলিশিং অতু মপাঙ্গল লৈত্রবনি। মাগী ইন্দ্রি অতুনা রাখন অতু পুবা ঙম্মকত্রতুনা অশোনবা মায়কৈ থিরক্লুনা কপ্পা অমদি রাম্থবা হায়বতু ওইনা ফোংদোরকপনি। মীনা ঈশৈ নোংমাই

তারগা কপ্লকই নত্রগা য়াম্থে। কপহৈবা অমম্তুং য়াম্থরিবা অত্নুমা মানা মানা তাপ্লকইবা অতু ফংলে হায়বগী খুদম নত্তে। তাপ্লকইবা পোৎশক অতু লাম্বা ফংদবদগী ঙমদ্রে হায়বত্থু কপ্পা অমদি য়াম্থনা কোংদোয়কপনি। মাসী মীওইবনা মপাঙ্গলগী য়াংমা লাপ্লবা মতমদা থোকপনি। য়াথম্না লাম্বা ফংত্রবদি শিবা অমা নত্রগা হামগী মকমদা অমুক হঞ্জিন্দুনা তারবা অসী শোয়দবনি। য়াথম্না তাপ্লিবা অতু ফংবা ঙম্লবদি মীনা কৈদৌঙৈদসু কপ্পা অমম্তুং য়াম্থমা হায়বা অসি মপাক খঙদে। খপ্লিবত্থু ফংবা ঙম্লবদি কপ্পা য়াম্থগী মহুত্তা হুপ্ডাইবা পোকত্রে। কপ্পা য়াম্থবা হায়বসি অশোনবগী খুদমনি। অশোনবা হায়বদি তৌগে হায়না নীংবা অতু পাঙথোকপা ঙমদবা অত্থবুনি। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা মপাঙ্গল য়াম্না কল্লম্বা নীপা অমনা মপাঙ্গল হল্লকলবা মতমদা মপাম্মোম মখা থারম্বা কনাগুম্বা নীপা অমনা লাকচা য়াম্থে কাবন চল্লকপদা খঙহৌদনা হেক কপথোক্লকই। নীপা অসীনা মপাঙ্গল থেকতেকনা কপ্লিঙৈদদি অত্থুগুম্বা য়াম্থে খোনজম অমত্তা তাদবনি, হেক তায়দা মত্তিক চাবা থবক তৌত্থনা মেক লাউরম্মদবনি অত্থবু মপাঙ্গলনা লৈত্রবা মতম অত্থুদদি "নঙনা মহু হায়বা য়াত্রা" হায়বা জবান অমা পীবা ঙমদ্রবা মত্তাং অত্থুদদি মহাকপু মশা শোল্লে হায়বা খঙত্থনা লাকচম্লবনি হায়না খল্লুনা অশোনবগী খুদম কগুনা তাক্লকই।

পাঙ্গল শোনবা হায়বা মতাং অসীদা হংমনিঙাই ওইবা মরম খম্না লৈ। করম তৌত্থনা মপাঙ্গল শোনবা হায়বত্থু ওইরকগে? কদি তৌত্থনা পাঙ্গল শোমবা হায়বা ওইরিমনো অসীনচিংবা য়াহং মঙা তরা হংলকপা য়াই। মাত্থগী খুম্লনবসু লৈত্তবা নত্তে। মীনা

শোন্নবা হায়বসি চহিনা য়ামশিল্লকপদগী মশানা শোনজরকপদি হৈনফদবনি। মতুবুদি রাম্নেং অসীগী মন্নুংদা কল্লা নৈনত্রে। হুজিক হুজিকী মরী লৈনরিবদি মন্নুং মতম চাদনা মপাঙ্গল হনবা অতুগী য়াকমনি। মাসিগী মপাঙ্গল মহন অসীদি মরু ওইনা চায়িবা চিঙ্গাক্কী অকবা শক্তক য়াংপা অনিশুরবপদা হরাউকুম্মে অসীনি।

গঙ্গা কান্নিনচিংবা ময়াই কাবা চিঙ্গাক পীজরগা লাকত্তম ফাওমত্রবা কৈ, নোংশা, শামুলমশানচিংবা কয়াবু ফাহুনা শীজিন্নন্নি। শাহিং ঙাহিং পীজরগা কৈ নোংশাগী মপাঙ্গল মথৌনা হেল্লি। লিন্দা শঙ্গোম্ন পীথকলগা লিনগী হু অতু হেঙ্গৎলি। লিন পুবা মীগী থোংনবা যন্ত্রগী খোঞ্জেল তারগা লিনশিংনা চীক্কনি হায়বা কাউথোক্তুনা মতোক ফন্দুনা জগোই শাহুনা লৈথোকই। অহেবা মীনা শকপা, শেমবা থোংলকপদা তাইবং মীওইবা, শা ষণ পুন্নমক শুমহৎনবগী মশক ওই। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা ব্রজ বৃন্দাবনগী শা উচেক গোপী পুন্নমক শুমহৎতুনা হুংবংননা লৈ, তৌরিবা থবক অতু কাউথোক্তুনা খোঞ্জেল অতুতবু নীংতুনা মাইকৈ অদোমদা হোংচল্লি। শুমহৎলি হায়বদি ফজবা লোন্দনি থাঙ্গে শেংবদি জীব অতুগী মপাঙ্গল হাংলি হায়বনি। মপাঙ্গলবু হাংথ্রবদি মপাঙ্গল হাংলিবা মী মহাক অতুগী মখুত্তা জীব পুন্নমক অতু লৈজবা মশানা তাবনি।

হরাউ কুম্মে হায়বসি ইন্দ্রিবু পেলহনবনি। ইন্দ্রি পেল্লবদি ইন্দ্রি মপাঙ্গল হল্লি। ইন্দ্রি মপাঙ্গল অতু হল্লবদি মীগী মপাঙ্গল শোনবা মশানা তাজবনি। মাঙথ্রিবা মপাঙ্গল অতু হাপ্নবা উপায়দি চিঙ্গাকনি। চিঙ্গাক্লা ফরবদি মাঙথ্রিবা মপাঙ্গল অমুক তন্না হঞ্জিনবা

ঙম্মী। অতুবু ঐখোয়গীদি মতুগী মরমদা খন্ননিঙাই লৈতে। চিঙ্গাক্কী শরুক রাৎলি, অকে অমৌ, শেৎন-ইম্নবগী মায়কৈদনা মরু ওইনা তৌনৈ। শম্না হায়রবদা চাবগী মহুত্তা হরাউকুম্মৈ অকে-অমৌগী খরচনা য়াম্না চাং হেল্লি। লফু হঙ্গাম চাজগে খোংগ্রাউ অশাংবতদি উপচগে, শৌগ্রী কাংশোই চাজগে হাইবারদদি য়ান-জগে। মাসি ঐখোয়না অয়ুক্কী হুমিদাংগী তাতুনতা লৈরবনি। রাফম অসি লাল্লি চুম্মি হায়বা বিচার মশানা ঙমজদে, কনাগুম্বনা হায়রুরবস্থ লৌবা ঙমজদে, ভাব তাদে, হায়রুবা মীতুম অঙাওবা তাই। মরমদি মখোয় অতুনা হায়রিবা ব্রা অতু খঙনবগী শক্তি মশাদা লৈতে। করি হায়রিবনো হায়বত্থ ফাওবা খম্থবা ঙমদে। খম্থবা ঙমদবগী মরমস্থ থোইনা লুবা মরম নত্তে। চিঙ্গাক ফত্রবদি ঈ মরাং কাইদে, ঈ য়ামত্রবদি থোপকী শরুক রাৎলি। থোপ য়াওত্রবদি রাখন খনবা ঙমদংদি মহৌশানি। হরাও কুম্মৈগী অয়াম্বা শরুক্তা অপাম মুংশি, মুংশি মুঙোলনা অয়াম্বা মতমদা মপুং ওই। মুংশি মুঙোলগী রাখন লাকলবদি বীর্য্য মাঙঙি, বীর্য্য মাঙ-লবদি হকচাং মাঙঙি। হকচাং মাঙলবদি পাঙ্গল মাঙবগা লোয়ননা পুন্নমক অমাঙবা ঙাক্তনি।

হরাও কুম্মৈনা মপুং ওইবা হায়বসিমক্তবু চাওখৎপা লমগী খুদমদি নত্তে। মমাংশৈদা লম খরা লৈরমলবস্থ হুজিক মতম অসীগী শীৎলকলিবা মুংশিৎ অসীগীদি ওন্নতৈনবনি। মমাংশৈদা অতুম তৌনা লেল্লম্বা লম কয়া কয়া খঙনরক্তুনা থাদোকনগ্রে। অতুবু মণিপুরদদি হুজিক্তা মচিন মৈ মুখৎলকই। খোংবা লাউবা অসিনচিংবা বাজনা তৌবা কাঙলুপসি জগৎকী মফম পুন্নমক্তা সভ্য

ওইবা মীগী মরক্তা পঙউ উদে। পোইন্থ রাকচিংগী অহিংদা মফি মরোল ইন্দনা কুম্মে তৌরিবা মখোয় অছুবু অইংবা হায়বহু ফাও-ড্রবরা? ইংদে ঐখোয়দি নিংথম্বনা শেগা কাঙনিংড্রবদা মখোয়না কয়া মশা ফরহুনা নিংথমদ্রিবনো? নিংথমদনবা চিপ্পাক চারগা নিংথমদবা অহু মঙায় অহুনা মপা-মপু চাউর চাউরবনা পোকপস্থ অহু মঙায়। ষ্টুডিওদা চঙলবদি মপা মপুগী মগুণ মাঙ-লকপা ঙাক্তনি। মাহুগী খুদম উৎপদা থোইনা রারোই। অতে লম্বীদা মীগী তুংইনবদা রারবস্থ হরাউ কুম্মেগী মায়কৈদদি পংশোৎ শোথড্রবা মৈতে মচাগী রাফম অসিদগী থোইনা তোঙান্নিঙাই লৈতে। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, সুদ্র খাক্তনা মায়কৈ অশোমদদি চপ মান্নবা থরায় লুপই। মাহুমরক্তা বর্ণ খায়বগী রাফম অসিদি লৈত্রবরা হায়বা অহুমকস্থ নত্তে। বেঙ্গুল খোংলম্বা বামননা মকোক ফমহুনা চারি দক্ষিণা হেন্না ফংলি।

পুন্নমক অসিগী মরু করিনো? থবক খুদিংগী, পোৎ খুদিংগী মরম লৈতবা য়াদে। য়ুম্ফম য়াওদনা য়ুম শাবা য়াদবগুম পুন্নমক অসিগীস্থ হোফম অমা লৈতবা য়াদবনি। শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী সমাজগী অবস্থানা পুন্নমক অসীগী মরুনি। পুন্নমক অসিগী অফ ফত্তা বিচার তৌহুনা শেংদোক্কে হায়রবদি মরু হান্না শেংদোকপা তাই, হায়বদি, সমাজ সংস্কার হান্না তৌবা তাই। অহানবদা সমাজনা করি তৌরবগে হায়বহু খঙলগা মতুংদা মহুবু শেংদোক্নবা নৈনবা রারেং অসীগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি।

চহি অমগী মহুংদা মৈতে লৈবাক্তা কুম্মে রাৎপা লৈতে। থা ১২ গী মতম অসী অহাঙবা লৈতনা কুম্মে তৌই। লম কোয়না

চংপা কনাগুম্বা অমনদি য়াম্না লায়না থঙই। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা হরাউ কুম্মৈগুম্না অতৈ লমদা উবা ফংদে। শজিবু অমদগী শজিবু অমা ফাওবসি কুম্মৈনা চনম্নহুনা ইশং শংজদবা কাওবু অমসু য়াওরি। শজিবু চৈরাওরে, চীং কারে, কাং শাম্নরে, রারী তারে, পেনা তারে, খোংজোম পর্ব্ব তারে, বাসক শকলে। অসীনা ইঙেল নিনি পানবা রথযাত্রা ওইত্রি ফাওবনি। রথযাত্রা ওইরে, পুনর্যাত্রা ওইরে, হরিশয়ন লোইরে। থরান ঝুলন যাত্রা লাকলে, কৃষ্ণ জন্ম ওইরে, থৌরাণী জন্ম লোইরে। লৈশাবী-পাখঙ অহিং নোংশোয়বা থাদোকলে। মিনিট ৫ গী খুদোংচাবা ফংবদা থবক থোকইবদা অহিং নোংশোয়বা লীশাং থারগা করি ওইগদগে হায়বা খল্লুবদা ইকাইবদা নত্তনা ভুকচ্চবা পোকই। লাংবন তর্পণনি, মেরা দুর্গা পূজানি শয়ন নিয়ম সেবা মতমনি, কালি পুজানি। হিয়াঙ্গৈ গোবর্দ্ধন পূজানি নিঙোন চাক্কৌবনি গোষ্ঠাষ্টমীনি, হরি উত্থান, রাস যাত্রানি। পোইন্থু রাকচীং পর্ব্বদিন লৈত্রবসু মখোয় ঐখোয়না মহু রাত্তনবা হোৎনজে। ফাইরেন শ্রীপঞ্চমীনি। লমদা পাখং কাউ থাবা মতমনি ; লৈশাবী কুরাক শাবা মতমনি। সন্ধ্যাদগী পুংগী হিসাবতা বেঙ্গুন পার্টিগা লোয়নবা লৈশাবী-পাখং খুৎকা খুৎকা শম্নহুনা অমমমদা চোংমিন্নবা, খল্লুরবদি ওস্থোকপা অঙকপা ব্যবহাররনি। খন্দবসু ঙম্মোই। বেঙ্গুন পার্টি অহুগী যন্ত্রগী মখোন তাবদা কৃষ্ণগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা ব্রজগোপীশিংনা মথৌ লেপ্তুনা বাঁশি খোঞ্জেন লাকপা মায়কৈ য়েংহুনা বাঁশি খোংক্ষম তান্না চেনবগুম মৈতৈ পাখং লৈশাবীনা বেঙ্গুন খোঞ্জেন মায়কৈ তম্না হায়জিল্লকপদি করিদগী মমান্ননো।

অসুম তৌরড়না চহি অমগী মসুংদা অতোপ্পা জাৎনা অমতং অনিদংদা কুম্মৈ ওইনা হোৎনবতু ঐখোয়গীদি থা ১২ লেপ্পা লৈতনা তৌরিবনি। মাসিগী মথক্তা সিনেমা, ড্রামা, জগোইরাস, খুবাক ইশৈ, বাসক, গৌরলীলা, শঞ্জেনবা, মেলা অসিনচিংবা ময়াম অসিনা শরক শিগদবা পুন্নমক মেনশিল্লি। ড্রামাদবু তৌরবসু জাৎ-জাৎ, লৈকায় থুদিং শম্থিয়েন চোংবগুম হেক তৌবা, মেলাবু তৌরবসু জাৎ জাৎকী মেপানা উৎজার শাবমখৈ তৌব। অসি ঐখোয়গী সমাজগী তান্নবগুম তৌরিবনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা পীকপা য়াদ্রে। অহল-লমনগী কর্ম্ম ফাওবদা কুম্মৈগী মশক ওইহল্লে। ভক্তিগী লম্বী খুরে, নাপল ঐশ্বর্য্যগী লম্বী লাওরে। মতাং অসীদা ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা মান্নৈ হায়বগুম্না লাঙজনিংলবা মরক অসিদা লাঙ-লবা "মাইক" হায়বা খুৎলায় অমগা থোরকলে। ষষ্ঠী পূজা ফাওবদা মাইক পাল্লে। লুহোংবদা মাইক কোম্নদা বেণ্ড য়াওদ্রবদি অরিং অরাং ওইনা লৌতুনা বর কৈন্যামকনা মখোয়বু হৌদোং থাদোকপগুম তৌবিরে হায়নরে। মসিদা অহল লমনসু অতুম য়াও-শিনখরে। অসুম্না তৌরতুনা ব্রারী তারে মাইক, লাইরিক তারে মাইক, বাসক শকলে মাইক, খোংজোম পর্ব্ব তারে মাইক, গীতা থীরে মাইক, যাত্রা পার্টি শান্নরে মাইক কাং শান্নরে মাইক, মাইক য়াওদবা লৈত্রে। মীনা ভানিংগনি তানিংঙোই হায়বা তৌরিবা মীনা বিচার তৌবা নত্তে, মাগী বিচার তৌনবগী শক্তিসু লৈতে, লৈরবদি মহাক মহাক্না করিমতা তৌরোইদবনি। মাগী অধিকার লৈ লৈত্তে হায়বা বিচার ওমদবদগী তমগুণনা নমখিতুনা ঐশ্বর্য্যনা মাঙেপ্রইবনা মীগী অধিকার থুগাইবা হায়বা নাপল শরুক্তা মপুং

ওইরবা শাগী লমচৎ চৎলকই। মুঙাইতবসি অখণ্ডবা খণ্ডদবা চপ মান্নবা অহুম মফাওই। কনামতনা করিমতা হায়দে। হায়-ননবগী মরম চপ চানা লৈরবস্থু হায়রুরগা বিচার লৈবা ওইরগদি ফল ফংগনি নত্রগদি লিন্দা শঙ্গোম পীথকপগুম অহোইবা শাউবা হেন্দুনা অততাই তাগনি হায়বগী চিংনবনা কনানস্থু মুঙাইতববু হায়রুদে। মতীক চাবা অণ্ডম্বদা হায়জরুরবস্থু চপ চাবা থবক লৌ-বিবা উদবনা ঐখোয় মশেন মুঙাইনদবগী মরম ওইরগনি হায়দুনা নাকোং লশিং মেন্দুনা খাড়িও।

মতৌ অস্থুম তৌরদুনা মৈতৈনা হরাউবসি অস্থুক্কী মতীক ডিগ্রী কানা হরাওখরে মাতুদি মপা হাত্তোকলগা মুঙাইবনা ফিরান পায়দুনা চেনবা ওস্মি। মপানা ৱারকপা ৱারৌই, মপাতোন্না চিন-বান্দা খোইহি তৈবগী অচান ৱাহৈদা পেন্দুনা মমা মনে মচা, মতু পুন্নমক মপাতোন্দা কথোকই। জগত্তা ইনিংতন্বা মাওলগা মুঙাইবা জাতি অসিবু করম্বা লৈরমগদগে? ঐগী ইমুংদা খৎনজরগা লমগী লৈকাইগী মীনা ৱায়েন তৌববু পেনবা মীতনা অপোকপা মপাদগী মপাতোনবুনা লুনা হেম্না তৌজবনি। অসি ফাওবগী বিচার লৈতনা হরাওরবা মৈতৈ ঐখোয়নি। হরাওবা হায়বসি মখেল লাংবনি। মরম চারক্ত্রবদা মখেল লাংবা হায়বনি। মণিপুর মখেল লাংবা কুইরে খেনম নম্বা অমা লাকপা মতম ওইরে।

লাওগে হায়বা মখোয় অহুম লাওজসন্থু নখোয়না করিগী ৱাবিবগে হায়বা ৱাফম অমস্থু লাকই। অশিংবা শাবা ৱাফমনি। সমাজনি ইথম্তনা পানবা য়াবা নত্তে, মথম্তা পানবা য়াবা নত্তে, অমনা অমগী মতেং লৌদবা য়াদবনি। অমনা ফত্রগা মাতুগী মহৈ

মরী লৈনবা মফমদা শোকপা ময়েকনি। হরাউ কুম্মৈ য়াম্লবদি মাতু ওইননবা য়াওননবগীদমক ফিজেৎ মাতুদা চংগদবা মীগী দরকার ওইবা পোৎ পুন্নমক থমদবা য়াদে মাতুগী খরচ হোৎনবদা চানবগী খরচ য়াম্না লৈতে। শেৎপা চাবা হায়বা অসিনা হিংতুনা পাম্নবগী মরুনি। মাসিগী মতুংদা ঐখোয়না চাবদগী শেৎপদা য়াম্না হেন্না খরচ তৌই। করিগীদমক? সমাজগী অবস্থানা। মাতু তৌত্রগা অরিং অরাংবা তাই। মনাদা শনা মোহর অমা মখায় য়াল্লিবা, মগুক্তো শনা মোহর অনি শিরিবা হুপীনবু নোংমগী কৈথেল্দা মখায় অমা শিকি অহুম তোংননবা হুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমা তাবদগী চেনবা করিগীদমকনো? ফিজেৎকী মতুং ইন্না মাগী খরচ অতুদি ময়ামগী মমাঙদা তৌদবা য়াদবনা মখল মখা অয়াম্বা নত্তবা উপাই তৌরকই। মাতুনা সমাজদা কয়া কায়বা, কনানা কদায় ফাওবা প্রতিকার তৌরে। চথোরকপদা মিনিষ্টার, কেরাণী, চপ্রাসী, হোরায় খায়বা, চেকশুবা কনামতা খেন্নদে। করিদা খেন্নদে? শেৎপদা মপানগী খরচতা। হকচাংগী কান্নদবা পোৎতা খরচ তৌই। হকচাংগী ময়োল ওইগদবা শরুক্তা হায়বদি য়ুমদা থোংতুনা থাক্তুনা চাগদবা শরুক্না একাদশী। মাতুনা থোকপনা ব্রাখল থম্নবগী মরু ওইবা মচাক পীবা ঙমদ্রে। ব্রাখনগী শক্তি রাৎপনা তৌরিবা অরানবা ময়াম, মশাগী অরানবা করিমতা খঙদ্রে। গাড়ী লাকই থৈদোক্কনি খঙদ্রে, চৈবগী ইকায়বসু খঙদ্রে, থীনা হায়বগী হুণ্ডাইতবসু পোক্ত্রে। শেৎলকইবা ফিজেত্তি জেণ্টলমেলনি লম্বী চৎপদা মায়কৈ খঙদ্রি। মীরমগী মীনা থীনা চৈরগা মৈতৈরোম্না অকামপেৎ থাংনদি চৈবা শাই।

ঐখোয় ইশানা ভাব তাজক্লবদি মীরমদগী লাকপা মীনা কৈদৌ-ঙৈদস্মু ভাব তাহনবিরোই। ঐখোয়না অত্তপকী মতিক পঙথরগা মীনা খুদোংচাবা লৌখিগদবনি। চর হেন্দুনা লাই হরাউজগে, চমফুৎ চাত্নুনা হাইবার য়ানগে, ঈশিং হোন্দুনা কোন ফেঙত্নুনা ট্রাউজর উপকে হায়বা রাখল থাননবা হোৎনবা মতম ওইরে। যুগ অসি থাইনগী যুগ নল্লেদি হায়, অত্তবু চাওখৎলকইবরা চাওথ-রকইব্রা মাত্তুদি হায়বা হেক ঙম্নদে। চাওখৎপা মক্তি মীগীগা য়েংনরুরবদি ইলৈবু লৈতে হায়নিংই। মরিন ফবা, তৌবা ঙস্বা মরু ওইবা শরুক্তা থাইননা ইহেন হেল্লি। হৃজিক্কী মতমনা ভৌতিক অবস্থাদা হেল্লি অসি মঙাই। অশোনবা মায়কৈদা প্রতিকার তৌদবা য়াদে সমাজ সংস্কার তৌবা থীনবা য়াক্লবনি। সমাজগী অবস্থা ফল্লিমখৈ লৈবাক্কী অবস্থা ফরোইদবনি হায়বসি প্রমাণ চঙদবা য়ানি। লিপ্রবা শরু মুকপা য়াররোই, কনশিনগ্রবা থোপ মহী লাঙহনবা য়ারগনি। অনৌবা মীরোম্না মাসি শেমগদবনি, শেম্নবা লম্বী উৎপীগদবনি। ছাত্র ছাত্রীনা মণিপুরগী তুংগী ওইরগদবা যুমগী যুম্বীনি। মখোয়বু ইরাং ময়াম অসীদগী নাম্থোকনবা উপায় তৌবা মতাংনি। ছাত্র ছাত্রী মশাদা লমচৎ নাইদবা পোক্তনবা নিয়ম পীবিবা চুম্মি। ইরাং ময়াম অসিগী মচাক অমদি মখোয়না শরুক য়ারি। মখোয়দা কুম্মৈগী ছুটি শাংনা পীবা চুমদে। মতম চাদনা যুম থাদোক্তুনা চৎপদা অহল-লমন্না পুংজা য়েংনা মখোয়বু থিবিবা চুম্মী। শফম ফল্লবদি জীব পুম্নমক পাঙ্গল শোনবগুম মপা মমা ওইগদৌরিবা ছাত্র ছাত্রীশিং অসিদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অসি কায়দনা ইনবা ঙম্নবা মচা খায়না মখোয়দা তম্বীনবা ব্যবস্থা তৌবা মতম ওইরে।

# হীয়াঙ হিরেল

লোইবি চীংজাও চীংথক্তা
শয়েঙ লংগোন ওইহ্নুা
পামেল কয়াবু উৎশিত্তনা
নকোকনা অতিঙা থিঙ্গাইহুনা
ঈচীক ঈশা তেমশিংনহুনা
কোরৌ শীংবুম কয়া লেন্নবা
তাইবং মীমক্ কিদ ঙমদে।
অকি শকফম ওইবদো
কয়াবু কুইনা লৈগবা
নগুণবু কদৌঙৈ মাঙগনি
কনানা হায়বা ঙমগনি।
মতমগী খোংচৎ খঙঙমদে,
জীবগী মওং লেপঙমদে,
তারে মপাউ নিংথৌ অঙম্বা,
থেংনরুরে পামেল অনীবু,
লেপখরে পুক্লিংদা হিরেলগী র়া
য়ানখরে পামেল অনিমক্
লোমখরে পামেল পুন্সি চাউ-
থোকপা।
হিদোক্লে ফল্লম্বা মশা মরেং
ককথৎলে হাইগৎলম্বা মকোক
কোৎথোকলে মবুক অচৌবা
পামেল মূর্ত্তি হোংখরে,
ইশ্বরকলে তময়া ঈশিং তম্না।
কুমথরকই কাইদ কাইদ
হঞ্জাননা
য়োরকলে মপুগী মথৌবুং
চঙখরে হীজগাং মন্নুংদা।
শাখরে অনীমক্ হীয়াঙ হিরেল্
তৈরে মচু অঙাঙবা অচৌবা
অমুবা নাপু, মেম মানবা
পামেল মশক খঙখিদ্রে।
থেৎচিলে চীংলাই মতোল
অমদা
পুনশিল্লে মী মকোক অমরোমদা
তাউরে ইমায় চোল্লবা থা-ঙা-
পাত্তা
কাউখরে মশাগী মগুণ পুম্নমক
লুপখরে খুৎশেম লৈতেং মালংদা
লেপখরে নৌরেল পায়বা কয়ানা
হোগায়রবা পামেল মবুক
অচৌবদা।

পাইশিল্লকই মরায় কাংগাংনা
য়োংলগে তকখায়রগে পাং-
থকনি।
খঙদ্রি হেনবা য়াদে মাগী
নাপল
লেনগনি পুন্সি থা-ঙ্গ-পাংম্নুংদা!
× × × ×
খঙ্না খঙ্না খঙনদ্রি
তানা তানা তানদ্রি
পেল্লি নখোয়না বভ্রুবাহন
ধারাদা
মবুক হোগায়রগা হিরেলগুম্
মগুণ লৈত্রবা পামেলগুম্।
তোং য়াওদ্রবা শন্নদা

থন্নায় লৈত্রবা হকচাংদা,
নাপল ময়ায় কারীবা!
নিংথৌ কয়া শিখিনি
নিংথৌ কয়া লাক্কনি
হীরোয় কয়া চৎখিনি
হীরোয় কয়া লাক্কনি
হিরেল মাদি লেঙ্দবনি
হিরেল মাঙোন্দা নেৎলনি
মনীং তম্না হোল্লনি।
হিরেল ঈশিংদা লুপচখ্রো,
হিরেল মৈদা চাক-খ্রো,
নথা পুন্না তাউহনা
নবুক্তা শৈশিল শন্নবা
খাঙখিগগে কয়া কুইনবু?

# ছাত্র পূক্নিং লাকওয়বী

কুমজাগিদি অহৌবা পূকনিংগিদি নৌহৌবা
শুমগদবোইদা নীংহল্লি।

কুমজাগিদি ময়ায়দা অনৌবা লৌশিংদি ফংবদা
মুণাইবতা মহেলহল্লি।

কুমজাগিদি অরোয়বদা চাংয়েংবগীদি মতমদা
পূক্নিং য়ামনা থুকহল্লি।

ভূম্বা হীপ্প খণ্ডহন্দে চাদ থক্তা রাহনদে
মায় পাকপদা খলহল্লি।

হায়না হায়না য়ৌশিল্লকই তুং মাঙ চপশিল্লকই
পাউতাক মথন মথন লৌহল্লি।

মরাইবক থীবা উখিবদা থরায় খুবাক্তা হাপ্পদা
মথৌ ওইনা খলহল্লি।

হেনফত্রবা মতম চেনবদা য়াত্রবা মুমিৎ
উনরে হাকথেঙননা।

অহানবা মুমিৎকী রাহংদা পূক্নিং হকচাং তিন্নবদা
হৈনিংবা আশা ফাওহল্লি।

মথং মুমিৎকী রাহংদা পূক্নিং হকচাং তিন্নদবদা
আশা কয়া থাহল্লি।

নোংমগী মতুং নোংমা হীরমগী মতুং হীরম
অরা মুণাই য়েৎনহল্লি।

হীরম পূম্বা লোইরবদা কলম খুত্তগী থারবদা
মহৈ নোংদম্বদা শিন্নহল্লি।

লাইবক ফবা কয়ানা মহৈ মীংথিনা য়াল্লবদা
হায়ঙমদনা হুণ্ডাইহল্লি।
লাইবক থীবা কয়ানা নোমজবা মহৈ চাত্রবদা
ঙমখৈ লৈতনা রাহল্লি।
য়ৈদনা নারবা হকচাংদা হৈনিংবা চাংদি তারবদা
অনা লায়কন্নহল্লি।
লেঙঙি পাল্লিবা অপূম্বা মরূপ মপাং অপূম্বা
মীরায়রবোই নীংহল্লি।
অসী থোক্কনি খঙলম্লবদি কুমজাগীদি অহৌবদা
হৈজরম্মোই খলহল্লি।
মপাম্থোঙগীতা থল্লম্বা রাখল থেনবা মীওইবা
মীরক তিনববু নোক্লজে।
অরেপ্পা খঙবা কয়ানা পূকচেল চাউবা মীশক্লা
হৌনৈ শোয়বা পাওতাকনৈ।
মরূপ মশাঙ থাদোকপা অচীকপা রাখল তৌজবা
মহাক্কী রাখল ওইহল্লি।
ঙাইহাক কেরানী ঙাইহাক ঠিকাদার
ঙাইহাকনা লল্লোনবা।
রাখল লাংদা থুত্থনা মপুং মরৈ ফাদনা
তাইবং হকচাং কেমহল্লি।
কোয়না থেকনা চৎলগা পূকথেম রাহৈ তারগা
তুকস্থ পূক্লিং ইংহল্লি।
য়ুমদা তম্না হল্লকই রাহৈ পুম্নমক থাদোকই

অরা-ইপাক্তা হঞ্জিলহল্লি।
চাখৎপগা থলহনবা ঙুমথবগা ওকহনবা
মহাক্কী পুন্সি ওইহল্লি।
হে পরীক্ষা লাইরেনবী! মিচঙ শঙ্গন নাইদবী
ছাত্র পুক্নিং লাকঙবী !!!

---

## বাংথৈরাকপগী লান

লাংবল থাগী সুঙায়রবা থাথায়নি
লৈজ খরদং কচ্চবা মতমনি,
অমুক্কী লোইখিবতা মঙায়রিঙৈ
মতুঙগী অমুক লাঙশিনবনা
মতমতুগী মহৌশানি।
ইনশিনবা বামনগী মশরুক্নি,
থাঙ্গৎপা অহল লমনগী মথৌনি,
ইরম্বা ব্রাহ্মণগী মথৌনি।
লৌশিনবা বামনগী শেঙ্গাওনি
দক্ষিণাগী লম্বী য়েংবদা
লুকক্কম তরেৎ হাবদা
হকচাং য়েংত্রবা মতমনি
থরায় পাম্মুত্রবা থাথায়নি।
চীরোনগী অয়াঙবা শগোলদা

মথুং থাদোক্তুনা থৌবদা
শিগনি কিত্রবা মৈতৈনি
তাগনি থম্রবা ঙাক্তনি
কংপগী পেন্দ্রবা থাথায়নি
তৌদ্রবা য়াদ্রবা তর্পণনি।
অসীগুম্বা সুঙাইরবা মতমদা
মণিপুর সনা কোম্বুং মন্নুংদা
য়ুমগায়নবগী মতাগুম
সুঙাইবা মাঙহনগে মওংগুম
ৱাকায় সুংশিং শিংলকলে।
শকাব্দ ১৮০৮ চহি চাদ।
মণিপুর রায়েন চৈজিংথিবা
মৈদিঙু সুরচন্দ্র মহারাজ
শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি য়াইফরেনগী
মজাইবুঙো অহলগীদি
সনা হাক্তক অতুদনি।
থবক্কী থৌওংনা তাকপদি
মজা ইবুঙোনদি মরী ওইরবা
ৱাংখৈরাকপা ফমদদি ফম্মাইবা
নিংথৌ শেমগদৌরে হায়বা প্যাও
সনা কোম্বুংদা য়ৌরক্লে।
শ্রীযুৎ সনা য়াথং তাকপিখি
ৱাংখৈরাকপা মজা ইবুঙোদা

"চৈরাক কুচু লেঙখত্তুনা
শীনবিয়ু ফনবা লৈবখিবিক।"

× × × ×

(মরমদি) মতম অসিগী মমাঙদনা
রায়েন লোয়শঙ কাদবনা
থোক্কদবা থৌদোক্কী মমিনি।
সনা য়াথং হিক্তোকপ্রে
চৈরাক কুচু কাখিদ্রে।

× × × ×

মুমিৎতু রাংখৈরাকপগী শঙ্গায়দা
তর্পণ চাক পীজরম্মি
থবক্কী থৌদোক মতুং ইন্
তর্পণ চাকলা হায়বসু মতা চায়
লানচাক খাঙবরা হায়বসু ওইবা য়াই
সনা য়াথং মতুং ইন
জিলাগী সিফায় কুনখক্না
রাংখৈরাকপগী শঙ্গায়দগী
খুৎলায় লৌবা চৎলম্মী
মতম চারেদি খঙলবা
হুইসার কল্লবা রাংখৈরাকপনা
খুৎলায় পীবদি থম্মুখো
সিফায়গী মকোক্তা তুক্লানা থাই,
হায়নখি তুক্লানা হৌবা লান্

করিবু মহৈ থোক্লগবা।
তন্না সিফায় কুন অত্থগা
ষাংখৈরাকপগী কাণ্ডবুগা
লান মতেক অমা থেংনখি।
মতম খরা সিফায় অত্থ
কাণ্ডজৈবুণ্ডদা থুপচরে
খাণ্ডবা ঙমদত্থনা মমৈদা
নাকোয়দা লোন্না চেনত্থনা
থুনমক কোহুং য়ৌখরে
পূন্নমক তম্মুরে চিথদনা
থীন্দনা হনুমানসিং তোপ পুথোক্লে
লান্দিন নোংমৈ কাপ্লক্লে।।
লান হৌড্রিঙৈগীদি মমাঙ্দা
ষাংখৈরাকপগী মীচং ওইগদবা
অপাম শঙলাকপনচিংবা
কালা সনা ঙাংবাসনা অহুম্মক
থুনমক শ্রীযুৎনা ফাজিনখি।
হায়না হায়না নাকল অনিমক
লানগীদমক অরোইবা সাজন তৌগ্রে
সনা কোহুং লাম্থোং শীন্নগ্রে।।
ষাংখৈরাকপগী অশোমদা
অকা অকুম, অচৎ অরায় পুন্নদা
কোয়ল্লাউ লাউত্থনা তাহল্লি

"দোলাই ফৈনা তোংনিংঙ্ৰা
খামেন চৎপা শেৎনিংঙ্ৰা
নিংথৌ ফুরিৎ লিৎনিংঙ্ৰা
সনা খুজি শিনিংঙ্ৰা
পজেং ফিরান থেৎনিংঙ্ৰা
লাউ লাউ লৈবাক মচাশা"
অসুম্না অচৎ অরায় মিহৌহল্লি ॥

× × × ×

অকনবা লানফম হৌবে
তোপ নোংমৈ কাপনরে
অকল নিংথৌ পুম্নমক
মরোয় মনাও অপুম্বা
মাগী মাগী ঙমখৈ পুনশ্রে
অকনবা লাম্হোং শীন্নখ্রে ।
কন্না কন্না শাথ্রবা লানবন্নি,
হুমিৎ চায়থরকলবা ফাওবদা
কোন্নুং লৌবসু ঙমখিদ্রে
নিংথৌ শেম্বা মায়থিহনবসু ঙমখিদ্রে ।
হুমিৎ ময়ুম চঙলফাওবদা
অতোপ্পা পাম্বৈ উদ্রবদা
নিংথৌগী অকল অথৌশিংনা
রাংথৈরাকপগী মাঙব মৈথারগে
হায়না সনা চরন্দা হঙ্গৎলি

সনা য়াথং পীনবীরে
থৌদাবা জয়না তোপ মৈ-না চুখরে
× × × ×
রাংখৈরাকপগী সঙ্গায়দি
সনা কোন্নুংগা থোইনা লাপ্নদ্রে
হুজিক্কি ডাক্তরখানাগী ঈংখোল
রাংখৈরাকপগী শঙ্গায় ওইরম্মি
( অতুবু ) থৌদাবা জয়না হৈতবরা
রাংখৈরাকপগী মণ্ডপনরা
তোপ নিশানা শোয়খরে
ফৈদাবুংদা তোপ গুলি তাখরে ।।
রাংখৈরাকপগী তেঙ্গোলদা
তোপ নিশানা শোয়বা উবদা
জয় ধ্বনিবু তোইরকলে—
জয়-জয় শ্রীগোকুলচন্দ্রজিউকি জয়
জয়-জয় রাংখৈরাকপা কি জয়
হন্না হন্না তোপ কাপলকই
হন্না হন্না নিশানা শোয়রম্মী ॥
শোয়দনা ঙাক লৈফদবনা
লেপ্তনা হন্না হন্না হোৎনরকপনা
পুক্লিং চংনা য়েংলকপনা
ঙমদফম করি লৈখিদ্রে,
শোয়ফম অমুক লৈখিদ্রে,

সুমিৎনা ময়ুমদা চংঙ্খবদা
নোংমৈ গুলি মৈথুনা
লৈচিন মশকপু লোৎরহুনা
অরা-শকফমবু উৎলম্মী
সন্ধ্যা কৌবা লাইরেম্বীনা।
মনাও ইবুঙো টিকেন্দ্রজিৎ
মতম অসী ফাওবদা
খোয়া খোংগী লমদমদা
থাঙমৈবনগীদি পনথাদা
অকনবা লানজঙ থিংলম্মী
কন থৌরবা মনাও ইবুঙো
হৈশিংলবা টিকেন্দ্রজিৎকী
মাঙদা থাঙগদবা কনানো?
শিনিংদ্রগা চেনজহৌ
থরায় হিংনবা লাঙজহৌ
হায়রিঙৈ তাঞ্জামক্তদা
থাঙমৈবন্দ পনথাদা লানজংবা
তম্নবু ফংজরে মায়থীবা।।
অকনববু লুনা চান্না তৌবা
নিংথৌগী তৌগদবা মশিন্নি
ময়াম্বুং ইবুঙো মহারাজনা
তোয়না থিজিল্লি মনাওবু
(অহুগা) থোইদোকপা মরম 'মনা

নিংথৌ মচাগী মরক্তা
মখোয় মশেন থাজনদবনা
মতমতুগী থাবা য়াদবা পূকচেন্নি ।
মনাও ইবুঙো টিকেন্দ্রজিৎ
মতমগী তমজফম পুন্সিবু
মরৈবাক্তা থম্বীরমতুনা
অথৌ পুকচেল উত্তুনা
খ্বাইগী ফিদম ওইহনবনা
মহাক্কী পুন্সি রারীনরবা
পূকচেল লোঙবা তৌরমদে
য়াম্বুংগী পক্ষদা লেপ্তুনা
অকনবা লানজাও থেংনরম্মী ॥
বেগুণ মরোল হাপ্লকলে
মনাও ইবুঙোশিং কৌশিল্লে
লান ঙাইহাক লেপথরে ।
সন্ধ্যা আরতি মতুংদা
লাল তম্না হৌরক্লে
হন্দক্কী লানজংনা অরোইবনি
অঙম ঙমদা য়েংনরগদবনি ।
থা-ঙা-পাৎ ঈশিং লান্দুনা
রাংখৈনা অরাং থোঙ য়োঙ্হনা
নোংশাবা কংলা পায়থরে
লোয়শঙ পুম্নমক তুংওইনরমলে

খা থোঙ নমথেকতুনা
মন্থুংগী থোঙ য়োশিনথ্রে
মকম অতু য়োবদা
মণ্ড মপু অনিমক
শুলিনা পান্দুনা তুখ্রে
মতাং অসী য়োবদা
ৱাংখৈরাকপগী লান লোইরে ।।
কুলচন্দ্র যুবরাজনা
তম্পাকয়ুম কুম্নগে হায়ত্নুনা
সনা চরন্দা হঙচ্ছরে
সনা য়াথং পীবিরে ।
নোঙাল্লে কাক খোংলে
ইঙাঙ লক্তা শাংখ্রোং তাবা
তুরিবা মীয়াম উরগা
কুলচন্দ্র যুবরাজনা
ৱাংখৈরাকপবু থিত্নুনা
ইচা ইচা কৌত্নুনা
পাম্মুই পাম্মুই শোন্দুনা
অরা মুংশি শোক্লগা
তম্পাকয়ুম তানা লেঙথখি ।।
× × × ×
অঙকপা নিংথৌ মচাগী পুকচেল্লি
নিংথৌ শেম্বা ভুরবদা

মিত্তগী পি শিঙ্করহূনা
হিক্লা হিক্লা কয়া কপখিদো।
অথৌবগী মগুণ অথৌবনা খণ্ড ভি
লান লোইরবা মতমদা
মপা মতোন মচিন মনাও
অমনা অমবু থিনবদা
কোম্নুং ইরাং লাঙনখি।
নাগ তুরেন ঈশিংদা
সংস্কারগী ঈরুজবদা
নিংথৌ মচাশিংগী ঈতনা
নাগ তুরেন কৌবীদো
ঈগী তুরেন ওইখিদো,
থাগন চান্দুরা পরেংনা
মঙগী মশক ওইখিদো।

---

# বরাচাউবা—য়াইস্কুল লাকপগী লান

চীংলেন নোংজ্রেন খোম্বা
মৈদিঙু গম্ভিরসিংহ নিংথৌ
তাইবং মীচাক লোমহুনা
অরোইবা য়াহিপ তাগ্রবদা
শক কুমজ্জা লিশিং অমা
চা-তরেৎ য়াংখৈমঙাগী
হিয়াঙ্গৈ কুননিপান্ননি পানবা
লৈপাকপোকপদি হুমিত্তা
মৈদিঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা
চহি অনিগী অঙাং ওইনা
মৈতৈ নিংথৌ ওইখিয়ে ।।

চহি তরেৎকী মতুংদা
মন্ত্রিময়ুম নবিনগী
রাথোক কৈনিংচিৎ কিবনা
মমাশিংজগা লোয়ননা
ময়াং লমদা চেনহুনা
চহি তরা লৈরুইয়ে ।

চহি তরামাপন শুবদা
শক কুমজ্জা লিশিং অমা
চাতরেৎ হুম্ফু তরানিথোই
ইঙেল হুমনি পানবা ইরাইদা

নাউজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা
মৈদিঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা
অমুরক হন্না নিংথৌ ওইয়ে ॥
চীংলাইবক্কী উথম্বালগুম
নাইতোম খোকপা থরানগুম
অমুক্কী শক্তিক ওই
মুমিদাংরাইগী থাবা ওই
চহি কুমজা নিফুহুমদোই
মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা
মৈতৈ নিংথৌ ওইখিয়ে।
অহিং তাংলৌ থেঙলক্লে,
অহিংগী মমৈ ওইরক্লে,
উচেক্কী য়াল্লা তারক্লে,
মীরাওখোনস্থু তারক্লে
তরাতরেৎনি পানবা থাজনা
অহিংগী নোংমদোন লৈতেংলি
অহিংগী মমৈ ওইরক্লে।
শকতা য়েংই ব্রাত্রবা
গুণদা য়েংই তমজকম
মৈতৈ লৈবাক লৈমরোল্ল
নোংচুপকী মঙান পীরম্বা
কে সি এস আইনা লৈত্তেংবা
মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা

তাইবং মোংফম থাত্নুনা
স্বর্গগী অইংবদা তিল্লবদা
মজা ইবুঙো সুরচন্দ্র সিংহনা
অহিং নোংলেনবা তৌদনা
শংলাংমৈ শঙ্ লেংশিন্দুনা
নিংথৌ খুবম ফংখিয়ে ॥
মপু নিংবগী অঙকপা খুদম
পুকচেল চাউরবা য়াইস্কুল লাকপা
নরসিংহগী নিপানশুবা মজাইবুঙো
বরাচাউবা মজা ইবুঙোনা
নিংথৌ শেমগে নিংলক্লবদা
মবুঙোগী সৎকার লাইদবনা
নম্বোল হৈবী মখোং লমদমদা
তেংগোল শাত্নুনা লৈখিয়ে ॥
শ্রীযুৎকী সৎকার তৌগ্রিঙৈ
লৌফম খঙদবা মীনিম্না
ভ্রুং ভ্রুং লাউবা খোঞ্জেল্লা
কোহুং শানবা থুংখিয়ে ॥
মতুং হুমিৎ হুমিদাংরাই
মন্যাও ইবুঙো কুলচন্দ্রবু,
যুবরাজ তম্না থিন্দোকখিয়ে ॥
ইন্নুংশোরা ঙানবদা
চিংখৈ ফিত্নুপ হল্লবদা

সংকারগী থৌরাং তৌখরে ॥
হুংথিল মতম ওইরক্লে
হুমিৎ কোকয়েনরক্লে
শ্রীযুৎকী সংকার লোইরে।
য়াইস্কুল লাকপগী লানবাও তাবদা
থাঙ্গাল জেনরেল অথৌবা
লান্দিন নোংমৈ মঙারক্লা
শ্রীগোবিন্দগী জয়ধ্বনি তৌহুনা
অচৌবা তেঙ্গোল পুহুনা
হৈবি মখোং লমলেন পাংখিয়ে ॥
ঙাইহাক পুঙ্গোই লাম্থেংনরে
য়াইস্কুললাকপা মায়থীরে
লমাংদোংগী চীং লান্দুনা
হৈতুপ পোকপী তাহুনা
লক্ষ্মীপুর লমদম য়ৌখিয়ে ॥
থাবুম অহুম লেনখরে
মায়থীরবা য়াইস্কুললাকপা
অমুরক হন্না জয় য়েংলকই।
য়ৌয়াং তেকী লমদমদা
য়াইস্কুললাকপা মায়থীহুনা
রাইনেন হাওখুলদা নাথৈখি ॥
মতুংগী হুংথিল লেল্লগা
হৈশিংলবা মিয়ানা

নাকোইদা তেঙ্গোল থুগাইরগা
ইরোইশেনবা তান্না চংশিনখি।
হুমিত্তুগী অহিংদা
অহিং তাংলৌ অথেংবদা
চোংথামিয়া অথৌবনা
খোঙলোয় খরগা লোয়ননা
কুরাউনা খুদম ওইরবা
লৈরঙনা পল্লেপ খঙনবা
মোইরাং হন্নুবগী লমদমদা
লক্কায় য়ুম্ফাল তাইনফমদা
লানজাবা তুমিন্না ফাওরকই।
হায়রিবা মায়কৈ অদোমদা
সুরচন্দ্রগী মনাই অচানবা
লাঙ্গম্বা লানজাবা অথৌবা
খোঙলোয় খরগা লোইননা
লালগী লাম্থোং য়েংহনা
মিয়াগুম্না লানজারম্মি।
লানজাবা অনি থেংনরে
ম্রাহৈগী লানফম থেংনরে
মিয়া লাঙ্গম্বা অনিমক
য়াইস্কুললাকপগী মীচংদা
লাম্নাসিদি হায়নহনা
লানচাক চাখ্রবনি অনিমক।

হায়নবা য়াশক কায়নবগী
মিয়ামা লাঙ্গম্বু সুঙাইতে
মপাম্থোংগী বেভার কায়দনা
ইতাউ ইতাউ হায়নহুনা
হল্লো হল্লো হায়নহুনা
মবুঙো মবুঙোবু থাগৎনবা
মচিন মচিন্দদি লেপনদ্রি,
করেম্নবদি তোকনদ্রি।
হৈশিংলবা মিয়ামা
মীশকথঙত্রবা মতমদা
খোঙলোয়শিংগা লাউনহন্নগা
নাকোইদা লাঙ্গম্বু কাপথুরে।
লাঙ্গম্বা মফৈবাক্তা পাল্লে
তম্না লৈবাক্তা তুখরে
লুচিংবা তুবা উবদা
খোঙলোয় পুম্না কায়খরে।
লাঙ্গম্বনা মিয়াদা হায়জখি,
"ইতাউ ইবুঙো অথৌবা
জীবদদি ইতাউ, কল্লুবা!"
অসীয়াবু তারবদা
মিয়ামা লাঙ্গম্বগী মফি লৌথোকলে
মাইকৈনা ফিজেৎ ওইহল্লে
মমায় কোম্মুং ওলহল্লে

"লোনম তৌবা লমচংকী
মতিক চাবা মহৈ ফংজরো"
অসি ব্লাদি হায়ত্নুনা
কুরাউগা পাননা পুনশিনখ্রে
লাঙ্গম্বু নোংমৈনা কাপথুত্নুনা
অমঙ্গল খুদম থনম্মি ॥
নোংঙাল্লে কাক খোংলে
লানগী খোঙ্গুল খঙনদরে।
জয়বু ওইব্লু তমখিদ্রবা
য়াইস্কুললাকপা ইবুঙো
ইরোইশেনবগী অতোঙবা তময়াদা
অরোয়বা তেঙ্গোল শাখরে
মনাও ইবুঙো কোইরেং
টিকেন্দ্রজিৎ অথৌবা
মাইরোংয়াবদা চেন্সবা
ভারত থুংনা মমিং শীনগ্রবা
ঈরম তরেৎ লাম্না
বিলাতা মমিং তাগ্রবা
মগুন্না হুজিকস্থু শিত্রিবা
মশাগী ওইজবা থাত্নুনা
ময়াম্বুংদা সিংহাসন কত্তুনা
অরংবা খুদম উৎগ্রবা
অকনবা লাম্মী পুত্তন

তুরেলগীদি ইরাংমদা
লানগী লাম্থোং য়েংহ্নুনা
অকনবা লানবন শাথরে।
লাংজিংগীদি চীংখোংদা
ব্রিটিশ লাম্মী অপুম্বা
নিংথৌগী তেংবাংগে হায়হ্নুনা
নিংথৌ শেম্বা লাম্মী মায়োক্পা
অকনবা তেঙ্গোল শাথরে
হুংথিল হুমিৎ চাইথরে
মায়থীরবা নিংথৌশেম্বা
নিংবা কায়রবা য়াইস্কুললাকপা
অরোইবা পুকচেল থারহ্নুনা
রায়থ্‌। লিলাম্দো কৌহ্নুনা
"নিংথৌশেম্বা ফাজরো"
অসী রাদি তাকপিথি।
মীরৎ নারৎ য়েংহ্নুনা
অহাঙবা খেন্দোং তমহ্নুনা
মপু মনাই লোয়ননা
কোহুং তানা লেঙথত্তুনা
শঙ্গায় শঙ্‌বদা লেঙশিনখি।
কোরৌ শিংবুম থরা লেল্লগা
হৌনবী মভুং ইন্দুনা
মপুগী মনাই অচানবা

তমজনবগী অরংবা খুদম
হাজারিবাঘ চৎলু হায়বা
সনা-য়াথং নম্বোনা
য়াইস্কুললাকপা মেঘজিৎ
হাজারিবাঘ তানা লেংশিনখি।

---

# নুজা অমদা পাখং

মরেপ মঙাল তারবী
চহি মতাঙ চারবী
হুচু হুমেল রাজ্রবী
শানৌ নপাও করিনো ?

পন্থৌগী য়াথং রাৎপরা
নুজাগী নীঙবা থুংদবরা
পন্থৌগী সেবা লোইজ্রিবরা
নৈবাং থাফম লেপ্তবরু ?

হংলবসু থুমলরোই
খঙলবসু তাকলরোই
নুজা ইকাইথীবীনি
তাংজ মরাই নুকত্রগনি ।

তাওজিং হৈখল চানীঙবা
মোহু তাইবং পাখংনি
নুংদা নৈবা রাখন্দো
তাও ইবেম্মা শকহেনবী ।

হায়সি হায়ঙমদবা
হায়দসি রামাঙবা

খনুঙদা চাকপা থৌনি
শাজৌ নঙন্না উদবনরা !

পম্বৌ চৈয়াক ইল্লিবী
রাহে কাষন চান্নিবী
রাশক পোরোল খাজিবী
কনাগী মপাউ ভাইবনো ?

মুরাগী লমজেন শমজরুপা
লৈরাং শকখর জেজলকপা
সিংচি সিংচি চানবা
তাংজ মারুথোং লৈথোক্লবা ।

কোজোর রারী তাবদা
পাখংগী থম্মোই হুংনাংবা
লৈরাং থাকম খনবদা
পজেম পম্বৌ খোয়রাংবা ।

লোইদাম থাবুম পুইরককলে
শিঙেন লৈমন চনবগনি
পাখং মপাউ ভাইবনা
থম্মোই লৈরাং পোমলাংনবী !

নুজা নজোর লোকলকো
লৈরাং পুরিং লেথরাকো

চেক্লা য়াহিপকম থিগ্রগে
পোম্বিগী রাকম থারগে।

চৎলো শিঙেল তদেকপী
পোম্বি য়াত্তাকম চাগ্রপা
চেক্লা য়াখল লেপ্রগে
খাম্বি মৈচাক মূৎলগে।

